# মালিকা মমা

## অমসুং অতৈ ৱারীমচা কুন

রাজকুমার মণি সিংহ



সুলোচনা পব্লিকেসন্স
শগোলবন্দ ইঙুদম লৈরক ইম্ফাল মণিপুর

**MALIKA MAMA**

*A collection of twenty-one Manipuri short stories by Rajkumar Mani Singh, Sagolband Ingudam Lane, Imphal, Manipur (India) written during the period 1990 to 1992. Published by M/s. Sulochana Publications, Sagolband, Ingudam Lane, Imphal, Manipur (India), Pin - 795 001. First Edition : 1993. Printed at Padma Printers (Computerised), Paona Bazar, Imphal. Price Rs. 60/- for Hardbound and Rs. 50/- for ordinary binding.*

---




মালিকা মমা

অহানবা ফোঙবা ঃ ১৯৯৩

বা অমুসুং ফংফম ঃ সুলোচনা পব্লিকেসন্স
গোলবন্দ ইঙুদম লৈরক, ইম্ফাল, মণিপুর (ইন্দিয়া)
(পিনঃ৭৯৫ ০০১)

মখুম ঃ "মালিকা মমা" গী শক্তম অমা।
য়েকপিবা ঃ শ্রীয়ুম্নাম গুনিন্দ্র

অইবা ঃ রাজকুমার মণি সিংহ, শগোলবন্দ, ইঙুদম লৈরক
ইম্ফাল, মণিপুর (ইন্দিয়া)

লাইরিক নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স (কমপ্যূতরাইজদ)
পাউনা বাজার, ইম্ফাল, মণিপুর।



কোপী মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ (ক) মখুম অথাবা – লুপা ৬০.
(খ) মখুম অপাবা – লুপা ৫০.

অতৈ ফংফম ঃ (ক) অখন্নবা লাইরিক য়োনফমশিং।
(খ) অইবা মশা।

লাইরিক ফোঙবা নুমিত্তা
"মালিকা মমা" গী লীলা শান্নবিখিবা ঃ ডীল্ রেপঅরটোরি মণিপুর

দিরেক্সন ঃ শ্রীপুখ্রম্বম খগেন্দ্র সিংহ

## সুলোচনা পব্লিকেসন্সগী লাইরিকঃ

# মালিকা মমা

রাজকুমার মণি সিংহগী হৌজিক ফাওবদা সাহিত্যগী লাইরিক অহুম ফোঙথ্রেঃ "ময়াই কারবা শামু" (মণিপুরী ৱারীমচা কুনমাথোই - ১৯৮৯); "হনুবা অমসুং সমুদ্র" (১৯৯২) নোবেল প্রাইজ ফঙখ্রবা আনের্স্ট হেমিংৱেগী ইংরাজী উপন্যাস মচা "দ ওল্ড মেন এণ্ড দ সী" গী মণিপুরী অনুবাদ, "ৱারী লী খোঙ্গুল লী" (অহানবা শরুক - ১৯৯২)। অহানবা লাইরিক অসিগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা ১৯৯০ গী সাহিত্যগী মনা পীবিরকখি। অকোনবগী, অঙাংগী সাহিত্যদা পাউরৌ ৱারীগী লাইরিক অসিগীদমকসু মণিপুর সরকারগী চিলড্রেন লিতরেচরগী ১৯৯২ গী অহানবা মনা পীবিখ্রবনি। মণিপুরীদা অহানবা ওইনা হেমিংৱেগী সাহিত্য পুশিল্লকখিবা অসিগীদমকসু মমিং লৈরবা সাহিত্যকার কয়ানা তরাম্না ওকপিখি।

হন্দক ফোঙজরিবা লাইরিক অসিদা ১৯৯০ দগী ১৯৯২ ফাওবগী মনুংদা শ্রীরাজকুমার মণি সিংহনা ইখিবা ৱারীমচা কুনমাথোই য়াউরি। অইবনা মংওই হাওই তৌবা সংসার অমদগী মতমগী ওল্লকলিবা সমাজ অমসুং মীওইবগী পুন্সিগী অহোংবা শরুক খরা উৎননবা লাক্লরি। মহৌশা অমসুং খুৎশেম অনীগী থৌরী চীংনহল্লি। অথোৎপা অমসুং অমেঙবা ৱাহৈগী লৈচল শেন্নগা 'ফেবল', 'ফেন্তাসী' 'এলেগোরী', 'রিদল' অমসুং 'কোললেজ' গী শাওং শাদা (স্ত্রকচর) শাগৎলি। 'ইন্টেলেকচুয়েল এপ্রোচ' অমসুং 'ফ্রিদম ওফ থোট' কী লৈনম চেলহল্লি। 'রিয়েলিটি' গী চমন্নবশিং অনৌবা 'ক্রাফসমেনশিপ' শীজিন্নদুনা ময়েক শেংহন্নবা লাক্লরি।

মীওইবগী ৱাখল শাগৎপদা হকচাংগী ঈরীক ঈথিন কয়ামুক য়াউরি। ঈরীকশিং অসিগী মনুংদা সাহিত্যদা থৌদাং চাউনা লৌরিবদি হুমাং, পি, তিল্লাং, অঙাংবা নৎত্রগা অঙৌবা ঈ। মখোয়গী  ঈথিন য়াম্না কল্লি। মতীক ময়াই অমসুং মপাঙ্গল হাপ্পদি অরাইবা নত্তে। অইবনা ৱারীমচাশিংসিদা মায়গৈ অসোমদা থৌনা ফনা চঙশিল্লকলি।

ঐখোয়গী হুমাং করম্না থোক্লি কল্পনাগী সংসারদা? হীরম অসিদা চাং য়েংলিবা ৱারীমচাশিংদি – 'মিপাইজরিবা চরাং', 'রিক্সাগী পোকখায়খ্রবা তায়ার', 'দাবী', 'গনতন্ত্রগী লৈনম', 'রোমগী ভাইওলিন', 'শাগৈগী মৈতাল', 'থবক হাপ্পা', অমসুং 'নোংপোকথোঙ'।

হরাউবগী নৎত্রগা অৱাবগী পি শিন্থনবগীদমক থেংনবিগনি "মেরা থাগী উকাবী', 'বম্বুলা', 'মীরেনশঙগী মমাঙদা', 'থোং নম্বোনবী', 'উমাইবী', 'ঙক নোঞ্জখি', 'নিংথৌ অমা, প্রজা অমা অমসুং গধা অমা' অমসুং 'মালিকা মমা'।

হকচাংগী অরুবা কাচীন অমদা শান্নরিবা অঙৌবা ঈগী অরোনবা শাজৎকীদমক উবিগনি – 'ইতৈমা সীতা অমসুং সতী দ্রৌপদী', 'খোইজিখাগী মিহুল' অমসুং 'মালংবা ঐসু কৈদৌদে'।

ৱাখলনা লমজিংলিবা তিল্লাং চোননবগী নিংশিংবিবা য়াই – 'লৈচীলগী দোলাই' অমসুং 'নোংমৈবুংগী ইবুধৌ'।

ৱারীমচাশিং অসিদা শৈরেংগী সূর অমসুং রস হাপ্লবা লাক্লরি। খূৎইশিং লৈথোক লৈশিল্লি, তেনহল্লি অমসুং থুনা লাকশিনহল্লি। অককনবা মিৎফমগা লোয়ননা মিৎ খূৎকুপ অমগী নুংগী ঈঙ্গিৎ ফোঙদোকলি, কাউঙমদ্রবা উখ্রবা থৌদোক্কী শক্তম লাকশিল্লি। মিকুপ অমগী নিংশিং-খুদম (মোনুমেণ্ট) নৎত্রগা নোংথাংগী মশেক য়াওরি। লোয়ননা 'অচেৎপা অরোনবা' মচেৎ মচেৎ ফুল্লি। 'অথৌবা মমূ' মচি মচিদা য়াউরি। লমজেল মতেক য়াংনা চেল্লি। অমম্বা কাচীন অমদা ঙহাক্তং মৈ থানগৎলি অদুগা ফৎ চৎখি। পাউখুমগী মহুত্তা ৱাহংলোমদা, তাকপগী মহুত্তা উৎপরোমদা চঙশিল্লি।

ইশম শম্না, লাইরিক অসিদা অনৌবা শক্তি খরা, মরুওইনা অর্থ, জ্ঞান অমসুং অচুম্বা তান্নরি – 'থীম', 'ইমেজ', 'স্ত্রকচর', 'টেকনিক' অমসুং 'তেনসন' গী মতেঙনা।

লাইরিক অসি অপাবশিংগী খুত্তা লাপ্লেকচরে। ফোঙননবা হোৎনজবদা মমল য়াম্লবা মতেঙ পীবিরকখিবা পূম্নমক্কী মফমদা ঐখোয়গী তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল

তাং ১, আগষ্ট ১৯৯৩ অফোঙবা

# ৱা অমত্তং

১৯৮৯দা ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিক 'ময়াই কারবা শামু' ফোঙখিবদগী লাইরিক ইনিংবগী ঈহুল অসি কনখৎলকখি।

'ইন্দিয়ান রিভিউ ওফ বুক্স' হায়বা থাগী চেফোঙ অমদা এস, কৃষ্ণস্বামীনা ইবা মতেক অমমুক থেংনরুরে "শন্না হায়রবদা নহাক্না প্রোফেসনেল অমা নৎত্রবসু ৱারীমচাদি মিটিং মরক্তসু, ত্রেন তোংলিঙৈদসু নৎত্রগা ফাইলদা কোক নোম্থরিঙৈদসু ইবা য়াই . . .।" ৱাফম অসিনা ঐগী পুক্নীং অমুকসু মকা লামহনখি।

হৌজিক্কী পুন্সিদা চরাংনরিবশিং, লৈতাদ্রিবশিং, তফিং তফিংলিবশিং ৱারীমচাগী কেমেরাদদি লায়না 'ক্লীক' তৌমাল্লে নীংজরদুনা খজিক খজিক্কং ইবগী হৈনবী অমা শাগৎলকখি।

খর খর ইজরকপনা ৱারীমচা কুনমাথোই অমুক শুরক্লে। অসুম্না ওইরকখি 'মালিকা মমা' সুলোচনা পব্লিকেসন্সগী মতেঙগা লোয়ননা।

অদুবু চিংনজরিবদি অপাবশিংদা করম তৌরমগনি? মখা খন্থবা ঙমজদে। তান্নজরুবা মরুপ মপাঙ খরনদি মচল অমনি খনবিমাল্লে, য়াম্না পুক্নীং থৌগৎপিরকখি। অদুনা হেক্তা লাম্থোকচরে। অহাঙবগী শরুক মরাঙ কায়না হাপচরি – অহাঙবগী ৱারোল কয়া ফোঙদোকচনিংদুনা। অশোয়-অঙাম য়াউরম্লবসু ঙাকপিয়ু। করিগুম্বা তাকপিরম্লবদি, তুংগী মিৎ-মায় ওইনবা, য়াম্না নুংঙাইজগনি।

ইম্ফাল

তাং ১ আগষ্ট ১৯৯৩ — রাজকুমার মণি সিংহ

# য়াওফম

পাৎথবী অদুগী লাইরেম্বী অদু নৌনা লুখ্রা ওইরবীনি। মাগী মবুংঙো লাইওইরবা লাইরেন অদু কম্লক্কী বোমনা পান্দূনা শিখিবা কুইদ্রি। লুখ্রা লাইরেম্বী ব্বানা লেপ্লি, শোঙলবা কবোকং মরক্তা। পাৎথবীগী নোংপোকথংবদা লৈরিবা ব্বাপল ময়ামগী মমিনা অয়ুক্তা নুংশা ফংদে। মনীংদা লৈরিবা চীংদুম অদুগী মরুমনা নুমিদাংব্বাইরমদসু নুংশা ফংদে। নুমিৎ য়ুংবদদি অব্বাংলোমগী লৈপন্দগী য়ৈশিল্লকপা নুংশানা কবোকং মপালশিং তুথদুনা খাঙ্‌ঙি। মখারোমগী লৌবুক ময়াগী তৌ হৌরিবা লাইফম অদুদা কাখৎতুনা লুখ্রা লাইরেম্বী হেক হেক কপই।

কপ্লনদি পূন্সি ওইবা য়াররোই খন্দূনা লুখ্রা লাইরেম্বীনা তুমিৎ সভাগী সেক্রেটরী কৌরগা হায়ঃ "কৈদৌঙেনো নখোয়গী মিটিং।"

সেক্রেটরীনা খুম্মকইঃ "তারিখ লেপলুরবনি। ঐখোয়গী চেয়ারমেনদু অনাবা হেঞ্জিল্লকপদগী অদুম শিখ্রে। অনৌবা অমা হাপ্লদুনসু ব্বারেপ অমনদি কান্নরোই, চাম চনী ড্রাফ্‌ট তৌরকখো হায়রি। ঐ কন্না ড্রাফ্‌ট তৌজরি। করি করি পাম্বীবা ইবেম্মনা?"

পাউখুম পীরকইঃ "কাউরবরা পূর্ণিমাগী থাবল? পান চাদুনা শিখিবা মাইরেল চাদুনা হল্লক্কদবদো? কম্লক্কী মনমনা ব্বা ব্বা লাউরবদা লৈম্নমগী মনমনা থক থক

হাৎতোক্কদবদো?"

তুমিৎ মচাদুনা হায়জৈঃ "নীংশিংজরে ইবেম্মা, সর্ভে মচা অমত্তং চহী কম্প অমত্তংসিগী মনুংদা হোৎনজখিগে।"

মমায় হাইগৎলকপদা ফেৎ লাউবী লাইরেম্বী শৎ চৎখিরম্লে। চুম্না চৎখিদে, কাঙ্ পুকনোয়বীদুগী মনা লাক্তুনা চিংলুরে। অদুগা হায়ঃ

"কাঙ্ কাউন্সিলগী মেম্বরশিংদুবু লোইনা শিগ্লবরা? ব্বারেপতি লিশিংমুক লৈখ্রবদাই! হৌজিকফাউবা তুমিন, তুমিন, কৈদৌরবা?"

কাঙ্ পুরেম্না ঙুং ঙুং ঙংলকই: "হেক্তা য়াব্রো? সেংসন্দি লাক্তনা। হায়বদি লায়বনে, পাঙথোকপনে ব্বানরিবসে। বন্দ য়াখ্খে চামরকসু থরায় খুবাক্তা হাপুনা হোৎনরুরবনে। নুমিৎ চামঙাখক্তংদি ঙাইখো হায়রিয়ে, ঙাইখো হায়রিয়ে, সনা ইবেম্মা!" (খোল কনখৎলি)

তাঞ্জা অদুদা ফাবৌঙা চবুন অমা পাইশিল্লকই। ইবেম্মদা হঙ্গৎলিঃ

"মখোয়সিগা মান্নবিরুনু সনা ইবেম্মা! ননাই ঐখোয়না নোংচুপ হারমগী লাইরেন লাবদু হায়নজরুরে। উচীন নাচীন্না য়াবিরক্রে, ইবেম্মগুম্বী কোতি অহুমগা পুর্ণিমাগী থাবলদা শান্নবদো চহী খরা লোইগদবা ব্বাৎলিমাল্লে।"

শাউনা লাউরকখিঃ "অদুবু পাউরো, ফাবৌ ফবৈ নখোয়বো? নখোয়গী ফ্রন্টসিমক্তবু লমলোং অহুম ফাংবগী শারোই ঙারোই ঙাক্তগী শাজৎ লমচৎ লৌই। থুনমক চহীগী জেনেরেল মিটিং তৌথোকউ, হূরানবা হূরানবী ময়াম মশক খঙদোকসি।"

খোন কনখৎনরকপদু তাবদা তুমিন্না লৈবা য়ারক্রে - ঙমু পরিষদ, ঙাক্রা ইউনিয়ন, থরোই সোসাইতি অমসুং উকাবী এশোসিয়েসন - পরেং পরেং কবোকং মরক্তা ফাউগৎনরকই। মখোয়গী মরক্তা ঙাচক য়াওল্লোই, তিল্লোক ফিঙাং লাম্বী, কাকথৈ নিশাবন্দ, তিম্ফা মৈরাপায়বী, ঙাপ্রুম চীংজারোই, অমসুং হঙোই মহৈরোই - পুন্নমক মরী মরী ইন্নরকই। ব্বারেপকী কোকথোং অমমম পুনরকই। মতম অমগী তেংনা মানবী, হৌজিক্তা য়োংমাল্লবী লুখ্রা লাইরেম্বীগী মাংদা দম দম থাদে। লাইরেম্বীনা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লিঃ "ব্বারেপ, ব্বারেপ, ব্বারেপ"।

চরাং কাংবু, কিরমাল্লে, মায়কৈ শলাই খঙদনা কোয়পাই পাইরি।

নুমিৎ তাশিল্লক্রদুনা মথন্তগী থৌশিলদগী অন্দরগ্রাউন্দা লৈরিবা একাগা চৌকিদার শামুঙৌগা লৈরক মচীল অদুদা থেংনরে। শাংলবা শুক্রবা লৈরকনি। মেরা থাশি মতম ওইবনা মম্বসু নিংথিনা মমশীল্লক্রি। শোরোক অচৌবদা থাল্লিবা ইলেকত্রিক্কী মঙালনা লৈরক মচীল অদুদংদি খজিক খজিক ঙাল্লী। লৈরক্কী নাক য়েত্তা লৈরিবা ইংখোলশিংগী শুমাং মাঙ্গোনদা মুৎশি মুৎশি থাল্লিবা বল্বশিংদগী থক্তোরকপা মঙাল খরদি মশেন মরাং ওইনা লৈরক অদুদা তারি। কোলাস থাদবা লৈরক্কুগী কোংকুৎ কুরাঙশিংদু ময়েকশেংনা উবদি নত্তে। নোংম ফাদোক চৎপা মীদদি তোর্চলাইট য়াউদনা চৎলুন্নবদি খুদোং থিনিংঙাইনি। শাংলবা লৈরক্কু চুম্বদি ফনা চুম্না চৎথ্রি। পৌরামুক চৎলবদি লমহাং অচৌবা থেংনগনি। লমহাং অদুগী মচি অমদা লৈকাইগী জুনিয়র বেসিক স্কুল অমসুং নহারোলশিংগী ক্লব মচা অমা লৈ। শঙ অনীমক য়াম্না মল্লে জিঙ্গনা কুপচরবসু। ফল্লাংসু ইশে শেগায়রে। নুমিদাংদদি মফম অদু মী চৎনবা কি।

একা উবদা শামুঙৌনা হায় - "বাবু, ঙসি থেংনবা য়াম্না ফরে। অনৌ অনৌবা পাউ কয়াসু লৈরে।"

একানা খুমই "পাউদি লাইরি তাদা। চৎনা চৎনা তাবা য়ায়। ঙসিগী হিদাকপু

য়াউরক্লবরা"?

শামুঙৌনা মখুম খুন্নবা লিক্লি অশাংবা অমা ফিনুংদগী পুথোক্লুনা উৎলি। "সি পায়রম্মু বাবু, ঐ অস্বাইদগী চানবা খিত্তংগা লৈহৌরুখিগে।" পীরন্নগা হোবে হোবে চৎখি।

একানা খম্লহৌই। তাদা শামুঙৌ অসিমক লৈরমদ্রবদি ঐগী চিন্নবা মতমসিদা মতম করম্না লেনগনি খঙদে। ইমুং মনুং শাগে নাতে, মরুপ মপাং পুন্নমক হৌজিক্তি ঐগা উন্নবা কিরেদো। মাতনি কিদ্রিবসি। নুমিৎ তাবদগী নোং ঙাম্লমদাই ফাওবা মাতনা ঐগী মরুপনি উন্নরবসু উন্নদ্রবসু। মাসে ঐগীদমক্তদি ঈশ্বরনা থাবিরক্লবনি। অয়ুক নুংথিলদদি থোইনবু অরাবা পোক্তে। মী পোং উদবা মফম অমদা তুমিন্না তুমদুনা নৎত্রগা লাইরিক অফংবা অমা পাদুনা লেনবা য়াই। অদুবু মাদু অরায়বদি নত্তে। পাকচাউরবা সংসার অসিদা মীনা খঙদ-উদবা করি লৈ। খঙদ-উদবা মফম থিবা অরায়বা নত্তে। অদুবু ঐগীদমক্তদি নোংমাইজিং চীংজাউ অসিনা য়াম্না উপায় ওইখ্রে। মসিগী মনুংদবু চঙথ্রবদি মীনা অমুক ঐবু থিবা ফংবগী য়াদি লৈররোই। চীংজাউ অসিদগী মফম অসি য়ৌরকপসু মতম কুইনা চঙদে, পুংখায়মুকতনি।

শামুঙৌ য়ৌরক্লে। "মঙ্গল অঙৌবা নত্তনা অতৈদি ফংদ্রে বাবু। ঙসিগীদি মসিনা অসুম লেল্লসি।"

"তা শামুঙৌ, নঙ্ ঐঙোম্দা বাবু কৌগনু।"

"এ করি য়ানো বাবু? নঙনা ঐগী পুন্সি শেম্বীখিবা নৎত্রা? নৎত্রবদি শীং চনদুনা অদুম লৈখিগদৌবনি।"

"ঐনা নত্তে তাদা, ঈশ্বরননি, নরাইবক ফবননি। ঐদি নঙগী করিসু তৌখিদে।"

"ফরে, চৎলসি কদাইদনো মী থেংনদনবা।"

"ঙসিগীদি লৈরক অসিদা অসুম চৎলসি, মী ফনা চীকনা উই। তাঙ্গা চাবা মফম য়েংদুনা ফম্লরসি।"

চৎনা চৎনা একানা শামুঙৌদা হায় "তাদা, মসিগী লৈরকসিবু মমিং করি হায়য়ে"?

"মীনদি পুথেম লৈরক হায়মান্নে। ইহে। পুথেম হায়রগা পুলিসকী য়া নীংশিংলক্লে। ঙসাইদি ওফিসতা পুলিস অফিসার অনী অহুম লাক্লম্মী। বাবুগী কেশতুগী ওইরমান্নে।"

"তা শামুঙৌ, লাকচসনু। ঐ খঙত্তি মখোয়গী চালাক। মখোয়না করি তৌবা ঙম্বগে য়েংসি। ঐসে লোৎলোইদৌবনে। তাঞ্জাননে।"

"চুম্মিদা বাবু, ঐসু ঙক্লিবনি বাবুগুম্বা মতীক মগুণ লৈরবা কনাদসু লাঞ্জব্রবা অফিসার অমগী মথক্তা কেশ তৌগনি হায়না তৌরিবা মীওইশিংদো কয়া নাতে চারম্রোই।"

"তা শামুঙৌ, ঐনা ওফিসকী পৈশা হূরাল্লমগনি হায়বসি থাজব্রা?"

"থাজরবদবু ননাক্তা ঐ লাকখিগদ্রা? মীনা ঙাঙনবদি কোকতাংবা কমিশনারদুগা মন্ত্রী শমশাংবদুগা মান্নশ্রে হায়।"

"মাদুগী ফলনি ঐনা ফঙলিবসি। ঐদি চোংথোক্নুনা থেল্লগে তৌবনি। ঐগী মরূপ উকীলদো, হেল্লো, সুনীলদো খঙব্রা?"

"খঙজে বাবু, মমিং অদুক চৎলিবদুদি।"

"মানা অহিংদুদা য়ুমদা লাক্লগা মতম খরদং লোৎপা তাই হায়নে। ঐনা লোৎলোই হায়বদা এন্টিসিপেতরী বেইলসু মতমচানা লৌহৌদ্রে, লোৎতবা য়াদে। মখোয়না ফংখিবা সোইদু ঐগীগা য়ান্না মান্রে, য়ান্না হৈনা শাই হায়। সোই শাই শাদে খঙদ্রিফাওবদি খরা রাখিবা তারি, থানাদা লৈরুদৌ শরুক। অসিনিসে। বেইল লৌনবা কন্না হোৎনরিসু হায়।"

"বাবু সোইদুমক্তি কনানা শাবনো?"

"মদু ঐ হৌজিক হায়খিরোই। তুংদা জীপ অমা লাকপগী মখোলসি নঙ তাব্রা?"

"বাবুগী নাকোংসি য়ান্না শিংঙি, মঙাল খরসু লাক্লে।"

"মসি পুলিসকী জীপ মানদ্রা?"

"তপথখো। সে হীদাক লীকলীসি নঙ পায়য়ু। নঙ চৎস্রো। ঐ মচি অমদা লৈশিন্দুনা লৈগে, মখোয়না উদনবা। মখোয় চৎখ্রগা ঐ নঙবু থিরক্কে। লৈরক অসি লোইদ্রিবা ফাওবা চুন্না চৎখো। হেক লোইবগা মচি অমদা নঙ ফমদুনা লৈরম্মু।"

শামুঙৌ তফিং তফিং কন্না চৎখৎখি। জীপ নকশীল্লকই। একানা মানা ইল্লকপা কম্বল অদুনা মকোক খুমজিল্লী, মমাইতা ফাৎলী। লৈরক মপা অদুরাইদা কোম্প্রেং অমদা হায়জিল্লে। ইংখোল অদু চাউই। মমাং শঙ্গোই ইনা কুপ্পদুগী মমাংথংবা অমম্বা শরুক অদুদা লৈশীল্লি। মানা লৈশীনখিবদু মাঙ্গোন্দা ফল্লম্বা য়ুমুদুনা উরদুনা "কনানো" লাউরকই।

খুদক অদুমক্তদা জীপতু কোম্প্রেং মপাদা থাই। একা, খুমদে। তুমিন্না অদুম

লৈ।

য়ুম্বুদু তোর্চ্চলাইট অমা পায়রদুনা একা তন্না চগুশিল্লকই, মখুৎতা লীচে অমসু পায়।

জীপতুদগী কনা কনানো কুমখিবা একানা য়েংলি অমম্বদা।

মখোয় মরী মঙানি। জুরু জুরু ঙাঙনবা একানা মরোল লৌবা ঙমদে থন্না লাপখিবনা।

য়ুম্বু মমাঙদা লেপ্লরে।

"কনানো?"

খুমদনা য়াদদুনা একানা খুমলেঃ "ঐনি"।

"ঐ হায়বদি?"

"ঐ ফজনা তাকচগে? হুরান চিপ্পী নচ্চদে। কোম্লোংদা লৈরিবা জীপসি কনাগী জীপনো, অমুক্তা য়েংবিরু। পুলিসকী ওইরবদি কনাসু চংলক্তে খুম্বিরম্মু।"

"অসিদি লৈকাইগী জীপনি, পুলিসকী নত্তেদা। ঈঞ্জিন বেরা তৌরিমাল্লে।"

একাগী লৌরাইগী শম অয়ুংবদু হাইথরক্লে। কম্বল ফাওবা থাঙ্গৎলুরবনি। মরুমদগী থোক্লক্লগা য়ুম্বুদা হায় -

"মাঙ্গোন্দা চৎসি, বারী লীজগে।"

মাঙ্গোন্দা ফম্মীব্রদুনা মাগী অশেঙবা বারী লীরে। য়ুম্বুনা য়াম্না থবায় তানা অমসুং নুংশিনা তায়। কোথ কোথদুনা বাহং কয়াসু হংখি।

মমৈদা য়ুম্বুনা হায়ঃ "বাবু, ঙসিদি ঐগী 'সিদা লেকত্রসি। হয়েং নোং ঙাল্লগা চৎলো।"

একানা খুম্মীঃ "য়াম্না নুংশিবিবগী বানি। ঐদি ঐগী তাদা শামুক্তৌ থিরুদবা য়াদ্রি। মা য়াম্না বারমলগনি।"

য়ুম্বুনা হায়ঃ " চৎসিনে ঐসু য়াউগে, বাবুগীদি থাউমৈসু য়াউদে।"

একানা খুম্মীঃ "য়ানি, পোথাবিহৌরো, ঐ সুম হোৎনজরুরগে। বারৌবিবা য়াদে।"

য়ুম্বু বাখল মুন্না তৌই। অদুগা হায়ঃ-

"য়াদ্রবনিনা লেঙঙো, উনদি উম্রখিসে মতাং চাবদা। "

একা থোক্লক্লে। মকা ফন্না, খোঙকাপ লাওনা থাংদুনা লৈরক অদুদা অমুক চৎথবা হৌরক্লে, অমম্বদুদা। তুংদা লাপ্পা মী অমা ইন্নরকখি হায়বদি মা খঙখিদে।

লৈরক্কী অরোইবা শরুক য়ৌরক্লে। কোয়না য়েংবদা কনাসু উদে। শামুক্তৌগী

শউম অমত্তা ফংবা ওমখিদে। ওম্লোকপা হায়বদূনি।

জ্ঞান মাঙদুনা লৈরিঙৈদা, য়ুম্বু অদু মাঙদা অমুক লেপ্লরে, তোর্চলাইট কাপ্লদুনা।

"বাবু, ঐখোয়দা লেঙলসি। নোং ঙানদ্রিঙৈদা অমুক লেঙবিখো।"

একা উপায় লৈত্রদুনা য়ুম্বুগা লোয়নরক্লে। অহিং অদু নুংঙাইনা লেনখি বারী শার শারদুনা।

নোংঙাল্লমদাইদা একা হৌগৎলি। য়ুম্বুদগী বিদায় নিরকই।

য়ুম্বুনা হায়খিঃ "ঐ পুলিস ইন্সপেক্তর শরৎনি। অদোমগী কেশতুগী আই, ওনি। বাবুবু নোংঙানবদা কোর্টতা পুথোক্তবা য়াদ্রে।"

একা বা ঙাঙখিদে। ওরাং অয়ুক্কী নোং থিৎলি থিৎলি তাবদা শুমাং মতোম্দা চোংলম্বা উকাবী অহিংবদু নীংশিংলকখি।

শহরদগী লাপ্পবা খুঙ্গং অমনি। নুমিদাংরাইরমনি য়েন্নিংথাগী মাকমৈগী। কুদ্রুক কাদ্রক্রবা শোরোক মচা অদুদা মল্লবা রিক্সা অমা রানা থৌরি। তোংলিবা পাখং অনী নোক খেরদুনা রারী মতৎ মতৎ শারি। রিক্সানা ফন ফন চোংমল্লকপা অদুদা রারী কায়রদুনা অমনা হায়ঃ

"রিক্সা, কন্না থৌনু, রারী শাবা যাদ্রে।"

"বাবু নুমিৎ তাখিদৌরে।"

"তাসনু, নুমিৎ তারগা নঙ কৈদৌগে হায়রিনো, হূরানবা চৎলুদৌরিব্রা?"

"দিয়ার, রারী মখা চৎথসি, মানা থোকপা তৌরসনু, ঙাঙলুরনু।"

"ফরক তানা রিক্সা থৌইনে, লশ্মী মতাসিদা, ঐখোয় ওস্থরবদি মানা শিংবিগদ্রা?"

"কমদৌবা, মানা করি হায়রকপা?"

"অমুকহন্না লাক্লনু হায়রকই।"

"করিগীনেগে?"

"মীনা লাকপগা ইমান মান্নদেয়ে।"

"ও, মীগাসু য়াম্না লাক্লিবোরে মঙোন্দা। চৎলগুমসি হয়েংখৈদি।"

"রিক্সা, খিত্তা তপথৌ হায়বনি।"

"বাবু, নুমিৎ তাখিদৌরে হায়রবমক্তদা।"

"অমুকসু মখুমই, ফুরো।"

"ফুবিয়ু বাবু, নখোয় অনী চঙদুনা ফগে হায়রবসু ফুবিয়ু।"

"হৈমা মসি ফুবকা কিদমাল্লেনহে, খরা তপথবদা নঙোন্দা কয়াম কায়বগে, ব্লাবু ব্লাদ্রো, অদুক কন্না থৌরিবদুবো?"

"বাবু, ঐ নুমিৎ তাবা য়াদে।"

"নুমিৎ তারবদি নমিৎ উদবা জাৎলো?"

"উই বাবু।"

"দিয়ার, ঐ হয়েংদগীদি মখোয়দা শুকচৎ চৎলরোই। চৎপা তারগনা ঐ কার অমা ব্লায়গনি।"

"কৈদৌনবা?"

"নঙসু পুনবা।"

"কারদা নৎত্রবদি লাক্কনু হায়রকপ্রা?"

"হায়রক্তে, য়ামাহ তোংবা য়াম্রা লাকই হায়।"

"অদুদি ঐখোয়সু য়ামাহ পুশিদনা?"

"চৎলরোই হায়বদাইনে?"

"নুংশিদবা মাগী মতৌদো।"

"মপানা কার তোংবদা থাজনি হায় হায়য়ে। মরক মরক্তা মপামদা লাকপদা কারদা তোংহন্নিংমাল্লে।"

"অদুগী ওইরম্রোই। হৌজিক মতমদবু গাড়ী অমা লৈতনা করম্না য়ুম পানগনি হায়রিনি।"

"অদুদি দিয়ার, কার লৈদ্রিমখৈদি রিক্সাদা সুম চৎখিবা তারিনে।"

"রিক্সা, দন্দবোৎ তৌদুনা খুরুম্মুরা? খিত্তা তপথৌ হায়বনি য়াংলেন অসি তেক্কদৌরে হায়মি ফন ফন চোংবদা।"

"বাবু নুমিৎ তাগদবা খিত্তা ভায়রে, কুমগে হায়রগা কুম্বিহৌরো, ভারাগা

লৌজররোই, ঐ খরা কল্লা থৌদবা য়াদ্রে।"

"কুমথহৌরোই, অতৈ রিক্সাসু লৈতে, য়ূম য়ৌগদবসু ফনা য়া[illegible]াংনি নংগীসিবু চাউথোকইবা হায়বদুরো রিক্সা অমা পায়রে হায়দুনা।"

"নচ্চদে বাবু, ঐদি অহানবদসু অতৈ অমা থিবিয়ু হায়জখিবদুনি।"

"লৈদি লৈতে। রা য়াম্না ঙাঙননুসি। খৎনরক্কনিকো।"

"দিয়ার, কারসিবু ঐখোয় লৈবা মঙম্মরোইদ্রা?"

"করি ঙমদগবনো ঠিকা অমা অনীদং মায় পাকপদা হেক্তা ঙমজবা পোৎনিদা।"

"মণিপুরগী ঠিকাসিদি ঐদি তল্লিবো, মপু য়াম্মনবসিদা।"

"তল্লগা তেক্সি ড্রাইভর অমগা হেক মরুপ শান্নরো।"

"অদু নৎত্রবদি মরৈত্রেনে?"

"রিক্সা ঙহাক্তা খামখো, ঐ মপান য়াম্না থোক্লিংলে।"

"বাবু, নুমিৎ অসি য়েংবিয়ু, তাথ্রবদি ঐ শিবনা ফরে।"

"নুমিৎ তারগা শিগদৌরিবদুবু করিগীনো?"

"মরম লৈ বাবু, লাই শোল্লগ্রে নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা য়ৌরক্কনি হায়না।"

"কনাদা শোল্লমলিবা লাইনো?"

"ইকাইজে, বাবু।"

"ইকাই কায়না। অঙাউবরনে মসিবু।"

"ঙাউরবনি অশেংবগী, অনী অহুম্লক শোয়রকপসিদা।"

"শোয়রুরিবু করিনো?"

"নুমিৎ তাখিবগী।"

"কনাদনো হায়বা?"

"ইকাইজে বাবু।"

"নঙবু নয়ুম পাল্লব্রা?"

"পান্দ্রি বাবু, ঙসি নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা পানগদৌরিবনি বাবু।"

"অদুদি নুমিৎ তারগা হেন্না ফৎত্রো?"

"নুমিৎ তাগ্রবদি, মা ময়ুমদগী থোক্লকপা য়াররোই, বাবু।"

"কৈদৌনা য়ারোইদৌরিবা?"

'নুমিদাং অমা অনী মাঙমীন্নরুবদগী। নুমিদাংদদি মমা মপানা কা অমদা শো লোন্দুনা থমখি। কুইখিদ্রি।"

"ফাক!"

"রিক্সা, কমদৌই হৌজিক্কী মখোলদো? নঙগী তায়ার অমদি চৎখরে।"

ঐগী অমত্তা পোকচবা চহী তরেৎকী নুপামচাদু বম্বুলা কাপ্পা য়াম্না পাম্মি। কাপকনু হায়বা য়াদে, হেক্তা কাপ্লি। করিদা নুংঙাইরিবনো খঙদে। ঐনা ইম্ফাল চৎপা খুদিঙগী বম্বুলা তপ্লি। অচাপোৎ পামদে, বম্বুলাতা পাম্মি। মদুবু লৈবিরক্রবদি মাগী হরাউজবী লোইরবনি।

মী পোং কয়া তাদবা, লাপ্পবা খুঙ্গংদুদা মাগী বম্বুলাতনা লাঙহনবনি। ঐনসু রাৎতনবা থম্বনি। মদুবু পীরবদি মা ঐনা হায়রিমখৈ য়ায়। লাইরিক পাউ, পাই; শল শেল্লু শেল্লি; ঙঙ্গ হৌগৎলু হৌগৎলি। মমানা কাপ্পা খুদিঙগী পাখৎপদু উরগা, নোক্তুনা চেনখি, চৈ চাদনবা। লৈহৌবা ঐঙোন্দা মমানা শাউজিল্লকই : "মসি নঙনা থোকহনবনি, ওস্লোকপা মপা অঙাওবা হায়বদুনি। মতম্না অশুক ফৎত্রবসিদা।"

উপাইদি করি লৈরি ঐগী? ইচানদি পাম্রে। অমত্তগা পোকশিল্লে। ঐসু ভাব তানবা কন্না হোৎনজরিবনি, তুমিন তুমিন্না। য়াদে, হেক্তা কাপ্লি কদোমদগীনো। ঐসু পাখৎপা কয়ারক য়াওখ্রবনি। কয়ারকসু খংখ্রবনি।

নোংমা ইপা ইচা ইম্ফাল কারকখি। ঙায়োনফমলোমগী দুকানমচা অমদা ইংখোলদা হুন্নবা হৱাইমুবী মরূ খরদং লৈননবা হোৎনরি। মীনসু ক্রিক ক্রিক ইগ্রে। ঐসু ঙাইরি ঐগী পোৎ তম্বা। তাঙ্গাদুদা ঐগী ইচানা, করমহাইনবু তৌরিবনো, কাপলক্রে মাগী বম্বুলা। বোং!

ফনা হৌই মখোল, মীয়াম মরক্তুদা। মীৎকুপ অমত্তংদি লাওলম্বা মীয়াম তুমিন

তুমিন লৈখি। চপ চপ লেপখি। অনীশুবা মীৎকুপ্তদি কৈথেল কায়রে। রা রা চেন্নরে। ঙায়োনফমদদি, চরাংনবা অদুদা মীনা মীবু নেৎলে। অহিংবা ঙাদি লুকমাইদগী মফম খঙদনা চোংথোক্লখ্রে। ঐসু ইচাদুবু কদাইদনো য়েংলি ইপা পাখৎনা।

কুইদে। সিফাই ময়াম থোমজিন্নকখি, হূইশেলগা হূইশেলগা, নোংমৈগা নোংমৈগা। "অমত্তা লেঙবা য়ারোই!"

মী পুন্নমক সিফাইনা মখূৎ থাঙ্গৎহল্লি, ফুরিংখাউ 'চেক' তৌই। নুপী সিফাইনা নুপীমখৈ মা মাদুনা য়েংঙি। তৌবগীদি, মী অমত্তসু, বোমনা নত্রগা নোংমৈনা শোকপা থেংনখিদে, থেংগাইনদুনা নত্রগা নেৎথৎনদুনা পৎথ-রাম্ভনবা নত্তনা 'চেক'-তি ফনা কনখি।

মমৈদা ইচানুপা অঙাংদু ফারে। ফুরিংখাউদা বম্বুলা অনী অহুম য়াওরম্রে। নুমিত্তুদি ঐসু লৈদবনি, য়ূমদগী পুরকলিমাল্লে। নহানমখৈ ঐনা লৈবসু বাজারদগী নত্তে। ঐগী থায়নগী মরুপ রাহেংবম লৈকাইগী নিমাইদগীনি। নিমাইসু দুর্গা পূজা মতমদতা য়োনবনি। অতৈ মতমদদি য়োন্দে হায়। ঐবু লাক্রবদি, অরাপ্পদগীনি হায়দুনা তৌরব্রা, দজন দজন হেক্তা পীবনি, ইচাগীনি হায়দুনা। ঐগী ইচানসু মঙোন্দা 'বাজী' কা কৌশিল্লি হরাউনা, উন্নবা খূদিংগী।

ইচা ফারবনিনা, ঐসু ফারে। গাড়ীদা হাপকত্তুনা থানাদা পুরে। ঐ কলাপ নিকখি, ইরোল থোকখিদে। ইচাদুদি কয়াবু থৌশাদে ঐ য়াউবদুদা। লোন্নবু ঐঙোন্দা হায় :

"পাবা, ইস্ফালসিবু বম্বুলা কাপ্পা য়াদবরা?"

"য়াদে য়াদে, মতুং মনাউ কাপকনু।"

"অদুবু করিগীনো?"

"তুমিন লৈয়ু, য়াদে হায়রি'সিনি।"

থানাদা ঐনা অউবা খূদিঙগী খুরুমজখি : "খঙজদবনি অঙাংসি, মতুংদদি খক তৌহঞ্জররোই।"

তাবিদে কনাসু ঐগী রাদু। "খঙশিন্নদবা শারদনা" ফুগেবু তৌরকই। থৌজাল হৈরবা অচৌবা থানা বাবু অমত্তংনদি, ঐগী অতৎপা লৈতনা চেম্বরক্লিবা মিংকী পিদু উবদা হায়বিরকখি :

"মতুং মনাউ য়াদেকো। চৎখ্রো চৎলো।" থাদোকপিরক্লে উচিন নাচিন্না।

ঐখোয়গী বসতূদি গুসাইনা চৎখিরম্রে। লেকফম থিবদা ৱাহেংবম লৈকাইগী ঐগী মরুপ নিমাইগীদা তারে। অথেঙবদা ইখঙ খঙহৌদনা ইপা ইচা চংলকপদূদা মা অমসুং মাগী ইমুংনা গুকখি। অদুবু ৱারী তারবা মতুংদদি ঐখোয়বু হরাউ হরাউ তৌবিরে। নোংঙাল্লগা চৎলমদাইদা বস্থুলা খরসু ঐগী ইচাদা পীরকখি, অদুগা হায়খি:

"ইমোচা, সিৱাইদদি কাপকনুকো, হোরেন য়ূম য়ৌরগা, মী লৈতবা মতমদা। খঙলব্রা?"

ঐগী ইচানা য়াম্না শূকথনা খুমখি :

"হয়েংমখৈদি ঐ ইম্ফালদকা গুক্কা কাজরক্করোই, বাজী।"

শহরদগী থাপ্লবা মফম অসিদা ঐনা লাকপা হায়বদি এস. ডি. সি. ওইরকপসি ফনা কুইরক্নে। মফম অসিসু ওল্লোকপা মফমনি লমথুংদে, চাকথুংদে, ফিথুংদে। অদুক লেপ্লিবা হায়বদুনি। ঐগী অফিস ওইরিবা মফমদু চাউরবা ইংখোল অমনি - অচৌবা শোরোক ময়াগী। শোরোক অদুসু উফুলগী শাল্লফমনি, চোয়জানরবা নুং মচা কয়ামুক্কা লোয়ননা। মদুদগী হায়জিল্লকপা উফুলনা মল্লবা জীজ্বনা কুপলিবা য়ুম অহুম অদু পুমকুপ্পু কুপ্লবনি। ইংখোল অদুগী অরাং নোংপোক কাচীন্দা পুথ্রী অচৌবা অমসু লৈ, হুপনা ঈশিং মশক উবা ফংদে, তোবর্বান্ ময়াগী মচেৎ খজিক্তং নৎতনা। য়ুম অহুম অদুগী মনুংদা অমনা ঐগী অফিসনি। পেসকার, কানুঙ্গো, হেদ ক্লার্ক, কেরানী, মন্দোল (মতম অমগী আমিন) জিলাদার, পিয়ন, চৌকিদার ঐখোয় তরামণ্ডানি। অতোপ্পা য়ুম অনীদুনা, অমনা ব্লোকীনি, অমনা পঞ্চায়েতকীনি।

অফিস অহুম অসি মোৎপা তাপ্রে, কাদবা তাপ্রে, নুপীশিংদি চহী অমগী মনুংদা থা তরাবু কাদে, কনানসু য়েংশিল্লদে। কারকলবসু মাগী মাগী ফমফমদা ইফমবু ফল্লদে। কোল্লোং ময়াগী হোটেল ওই পোৎফম ওই তৌবদুদা লেপ্লোই ফল্লোই, অফিস মতম লোইখিবা খণ্ডহৌদবনি। শহর য়ৌগদবা বসপু লাকলবদি লোইরে।

অদুবু ঐদি অয়াম্বা মতমদা অফিসকী ঐগী কা অদুদগী থোইনা হেনদোকচদে,

মকোক অমনি হায়বা শারদুনা। ঐগী চপ্রাসী তাচাউবা। মামুক হৌনবী খণ্ডবা, মামুক খুৎচাবা অতে অফিসতা ঐ থেংনরক্তবনি। মাগী হায়ববু কাগন্দে, মাদুনি ঐগী ওমচারুবী। অদু ওইরবসু চৌকিদার শামু লৈরি। শামুনা তাচাউবগী মহুৎশিনবদা নোপতে। মাগী হায়ববু হিদাক য়াম্রা থকমী। ময়ুমদা হিদাক থিম্লি হায়। থক্রুমদবা কয়াসু মানা তম্বীদুনা লোয়না হৈনরে হায়। ঐবুতনি মানা থাকলিবসি। ঐসু অদুম খণ্ডশিন্নদে, কৈদৌরুগবনো হায়দুনা। থবক লৈতবা মতমদা চে শান্নবদুদি, ঐসু ওহাক ওহাক্তি ময়েংনিংলুই - হেক হেক শেল চিন্নকপদা।

পুন্নমক ফরে। ফৎত্রিবসি ঐগী কাদুনি। উগী আলমিরা অমনবদু চহী কুনমণ্ডা শুরে হায়। টেবল চৌক্রিদুসু উগী ঙাক্তনি, আলমারীগীগুন্না শুমদি চাত্রি, মনবদি ফনা ফজনা মন্নে। থায়নগী পোৎ ওইদুনা তৌবরা, শামুনা মরম মোকপদগীরা, য়েংবদা তনান তনাম্লি। ফম্দা রাখল থোকই মঞ্জরবসু। কা অদুদা টেবল চৌক্রি অনী অদু নত্তনা অত্রেদি পুক্লীং নুংশিনিঙায় ঙাক্তনি। ঐনা লাকপা ওইবগী শুন ঙাকচরিবসু উগী টেবল চৌক্রি অনীসিতগী মপান্ননি হায়বা য়ায়।

শহরদগী ঐ থবায় য়াম্রা নুংঙাইতনা লাকপা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ য়ুংখিদুনা পুং অনী তারে। কেশ থোকপা নুমিৎ ওইবনা লাক্তবা য়াদদুনা লাকপনি। দি, সি, না চৈ থাংলকপা, ঈকায়বা পীরকপা অদুগী হায়রুরবদি, অফিস য়ৌদনা য়ুমদা তুমদুনা লৈনিংবা নুমিৎনি।

অফিস য়ৌবদা ঐগী কাদু চণ্ডলকপা মতমদা ঐগী টেবল চৌক্রি অনীদু লৈরমদে। ঐ শুকখি। চপ্রাসী অমত্তসু কারমদে, অফিসকী স্টাফ অয়াম্বসু জিলাদার কামদারগী মমা শিবগী শোরাৎ চৎখি হায়দুনা লৈরমদে।

পেসকার নিংথেমজাওসু মচা নাই হায়দুনা কারমদে। হেদ ক্লাক বিজয় য়ুনা পংদুনা লৈরম্মী। মনাক্তা চণ্ডশিন্নগা ঐনা হায় ঃ

"শামু লৈত্রা?"

"লৈরিনি, সার।"

"ঐগী টেবল চৌক্রিদি?"

"কনানো অমনা রায়খি হায়, শামুনা মরাইনা পুজরক্রনি সার।"

"ঐদি কদায়দা ফমগনি।"

"ওহাক্তং ঙাইহিবিরো সার।"

"কেশকী মী কারকত্রা?"

"কারকলম্মী। সার লৈতে হায়দুনা থাদোকখ্রে, পেসকারসু লাক্তে।"

ঐ খাঙবা ৱারক্লে। শামুনা লৈরিবা চৌকিদারগী কাটির, ইনা কুপ্না শঙ্গোয় মচাদু তন্না খোঙ থাংজিন্নী।

"শামু! শামু!"

কনাসু খুমলক্তে। য়ুগী মনমদি শাল্রা শান্না লাকই। য়ুম মনুংদা হেক্তা চঙশিন্লে। মৈনিং কুপ্নিবী শামুগী নুপীনা হায়রকই :-

"সার, টেবল চৌক্রি লৌরুনি হায়দুনা অয়ুক অঙনবদগী চংখিবনি। হৌজিক ফাওবা হল্লক্রে। করি তৌগ্রবনো খঙজদ্রে।"

ঐ জ্ঞান মাঙদুনা থোরকলে। ৱোক্কী অফিসতা চংলে। মখোয়গী অফিসসু ঐখোয়গীগা অমহানি। ইতাক তাকই। বেরী থক্তুনা লৈরম্বা মুহোন পিয়ল্লা হায়রকইঃ

"সার, শামুদু ঙসিদি ঐ শুকউবু উজহৌদ্রে।"

নীংবা কায়রদুনা ঐ অমুক পঞ্চায়ত অফিসকী মতোমতা ফমদুনা লৈরম্বা কেরানী মধুগী মনাক য়ৌরক্লে।

"মধুবাবু, ঐখোয়গী শামুকা উবি লাকপিব্রা?"

"সার, ঙসাইৱাইদি চঙলকলম্মী। সারগী টেবল চৌক্রিদু লুপা চনী শিত্তুনা য়োনখ্রে হায়রম্মী, মচাগী ষষ্ঠি শোন্নিংঙায় লৈতে হায়দুনা। নহানমখৈদি য়োনদি য়োন্দবনি। ছুটি নুমিৎ খুদিংগী শুমাং লীলা পার্টিদা হেক হেক শানবনি। অশানমন্দুনা চেং ৱান্নী হায়, ঐখোয়দদি। মীনা হায়নবনা য়ুগীনি হায়।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে মধু বাবু।" হায়রম্নগা কোকচাউবী কাদুনা থোরক্লে, ঐগী অফিস তন্না।

কোম্লোং ময়াগী পোৎফমলোমদা য়েংখিবদা বেঞ্চ অমগী মথক্তা শামুনা উপশিন্না হিপ্লদু হেক উরুরে। ঐনা চঙলকপদদি লৈহৌদবনি। মনাক্তা চংশিল্লি। তান্না চারিবসু ৱাচেৎ মতেক অমা খোঙনা কাওই। খুত্তা পায়খৎলী।

শামুগী মনঙন্দুদা ৱাচেৎ অদুনা অনী অহুম লৈজবী থাদুনা কপ্লে।

"অয়ো, কনানো, হাৎলগেরা?"

"হাৎকনি, ঙসি নঙবু ঐনা শোয়দনা হাৎকনি।"

"সার, ঐবু মাপ তৌবিয়ু।"

"তৌরোই, ঐগী টেবল চৌক্রি কদায়দা লৈ?"

"সার, ঐগী তলব কৈদৌঙে হেনবীনি?"

"শুকহেন হেনলোই, টেবল চৌক্রি পুরকউ।"

"য়োম্নোকপ্রে সার, তলব হেক হেনবিবগা পুজরক্লে।"

"নওগী তলব হেনবদি লায়রদূনা, ঐদি চহী অমা ফারকলবনি তলব ফংদবা!"

ঝাচেং তেকখ্রে। অমুক ফূবা য়াখিদ্রে। ঐগী অশাউবসূ খরা হস্থ্রে।

পাকচাউরবা অতিয়াদা লৈচীলগী দোলাই কয়া পাইরি। পূন্নীংগুন্না য়ৌনিং য়ৌনিংবা মফমদা খঙহৌ উহৌদনা য়ৌনখ্রি। থাবল ফরবা অহিং অমদা ঐগী হকচাং ফমুংদা লৈহৌরে। ঐগী পূন্নীং লৈচীলগী দোলাই অমদা কাখৎখ্রে। কোয়না পাইদুনা লৈবাক মথঙ মথঙ য়েংবা হৌরকখি।

অতৈগা মান্নদবা তোপ তোপ্পা লৈবাক অমা য়ৌরে। লৈবাক অদুগী মমিং হাপু। কোনুংগী মমিং হরাং।

হরাং কোনুংদা প্রজা অমত্তা লৈতে, নিংথৌ ঙাক্তনি, মহারাণী ঙাক্তনি। থোঙশঙবসু থোঙশঙ-নিংথৌ, সিফাইসু সিফাই-নিংথৌ, পুজারীসু পুজারী-নিংথৌ, চপ্রাসীসু চপ্রাসী-নিংথৌ।

লৈথিবীসু মহারাণী, ফিশুবীসু মহারাণী, জগোয়শাবীসু মহারাণী, মহারাণীসু অদুম মহারাণী।

নুপামচা, নুপীমচা পুন্নমকসু নিংথৌরেন ঙাক্তনি, রাজকুমারী ঙাক্তনি।

ফনদুম নুংঙাই য়েংবদা। ভাব অমসুং রসনা মচি খুদিংদা ঈথক ঈপোমগুন্না লেঙ লেঙ চৎলি। সংকীর্ত্তন কৎলি, মহারাস শান্নে। উমংলাই হরাউই, চাক চান্নে, হাউসী শান্নে অমসুং স্পোর্টস তৌই। য়েংবগী পেনবা ইনায় নাইখিদে। বন্দ তৌদে,

মৈরা পায়দে, কর্ফিউ লৈতে, রিলে হঙ্গর স্ট্রাইক উদে। জাৎ অমনি। নোংমৈ বোম তোপসু খক কাপ্লবা উদে। শেল্লাক-শেনফোইস্‌ তৌনবা খেংনদে। অঙকপনি। ঙাওবু ঙাওব্রা? দ্রগসু চানদে, এইদস্‌কী লায়নাসু অমত্তা পল্লদে। নুমিৎতুমা অদুম হল্লক্নে, মতমনা য়াদদুনা ঐগী পূব্লীং।

মথংগী নুমিত্তা দোলাই অমমুক তোংখত্তুনা ঐগী পূব্লীং অমুক চংগ্রে হাপু লৈবাক্তা। হরাং কোনুংগী পাক্লবা ফজরবা লম্পাক অদুদা নুংশা য়াইরদুনা নিংথৌ ময়াম রাজ দরবার তৌরম্মি।

কোনুং লম্পাক্কী অকোয়বদা ফজরবা লৈকোল অমসুং পূব্লীং হূরবা হৈকোল কয়া চাউনা চাউনা লৈ। লৈরম মখল শুনা শাৎলি, হৈরম মচল ৱাৎতনা হৌরি। কুপ্লা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা সিংহাসন খ্বাইদগী ৱাংবা অদুদা ফম্নবা প্রজা অমখত্তংদি শোয়দনা থমসি হায়না ৱারেপ্পে।

চুন্না ৱারেপনবতনদি কান্নদে, থবক ওইনা পাঙথোক্লবা থৌরাঙ্ কয়াসু মথঙ্ মথঙ্ খন্নরকই।

কোনুং ৱাংমদা খুল মচা মচা মশীঙ থীঙমদনা লৈরি। মফম অদুদা লৈরিবশিংদু প্রজা ঙাক্তনি। অসুক কুয়বসি, কোনুংদা চংলকউ হায়বতদি য়াদবনি। নিংথৌ ওইবা কিজমাল্লে, নিংথৌ ওইবগী অৱা-নুংঙাই হঙ্গোইজমাল্লে। কোনুংদগী পংলাপ্তা লাপথোকখি। মখোয়গী ৱাখলসি য়াম্না চীংননিংঙাইহনি। তৌশিন্নরিব্রা হায়বসু চিংনদবা ঙমদে।

রাজদরবারদা ৱারেপ্লবগী মতুং ইন্না কোনুংগী খা-ৱাং, নোংপোক-নোংচুপ মায়গৈ মরিমক্তা প্রজা অমমম থেমদুনা পুরক্লবা নিংথৌ মরি প্রজাগী ফিজোল হোংহল্লে। অচম্বা অঙৌবা ফিজোল শেৎপদুনা নোংপোকথোঙদগী, অমুবা ঙাক্তা শেৎপদুনা নোংচুপথোঙদগী, অঙাংবা ঙাক্তা শেৎপদুনা অৱাং থোঙদগী, নাপুঙাক্তা শেৎপদুনা খা থোঙদগী পুংফম অমত্তদা খোঙশানখ্রে। প্রজা অমমমদু কোনুং মনুংদা পুনরক্লগা খ্বাইদগী শোনবদু খল্লগা খ্বাইদগী ৱাংবা সিংহাসন্দুদা ফমহনগদৌরিবনি। লেমহৌবা অহুমদুনা নিংথৌ ওস্থোক্তদৌরিবনি, অতৈ নিংথৌশিংগুন্না।

ফিঙৌ শেৎপা নিংথৌদুনা কোয়না চৎলগা খ্বাইদগী হেন্না সনা লুপা পাম্বা প্রজা অমা মোইথেম তৌদুনা পুরক্লে। ফিমু শেৎপা নিংথৌদুনা খ্বাইদগী হেন্না মশক ফজগী নুপী পাম্বা প্রজা অমা পুরক্লে। ফিঙাং শেৎপা নিংথৌদুনা খ্বাইদগী অহাউবা চাবা পাম্বা প্রজা অমা পুরক্লে। নাপু শেৎপদুনা য়ু, গঞ্জা, কানী, নম্বর ফোর অমসুং

জুৱার খুাইদগী পামজবা প্রজা অমা পুরদুনা লাক্লে। নৃপীদি অমত্তা ফঙবা ঙম্নকখিদে, পঙলোত্তা লোৎনখিবদগী। অঙাংসু য়াদে পঙচেন্দা চেন্নখি।

প্রজা মরি অদু কনানা খুাইদগী শোনবগে হায়বদু য়েংনবা চায়নফমদা পুথোক্লুনা অপাম অপাম্বা খুৎশু-খুৎলাই পায়নহনদুনা মুকথৎনহল্লি। নিংথৌ মহারাণী পুন্নমক নুংঙাইনা কুম্মৈ য়েংল্লি। মরিমক শোনবা চপ মান্নরমদুনা লোইনা নিংথৌ ওইহল্লে। মখোয়দগী খরদং ওইরবসু শোনবা অমত্তং অমুক্কা লাইবক য়েংঙুনবা লেপ্পরে। ঐগী পুক্নীং চমমনৈ, মরাঙ মরাঙল্লি। অদুম পেন্দনা হল্লকখি।

অতোপ্পা নুমিৎ অমদা ঐগী পুক্নীং অমুকসু চৎলি। হান্না তোঙান্না চৎনরুরবা নিংথৌ মরি অদু হন্দক্তি পুল্লপ চৎমিন্নবা উরে। খরা চৎলগা নিংথিনা শাৎলবা লৈ পুন্নমক হেক্লুনা ফজরবা লৈগী দোলাই অমা শেম্বা উই। মখোয় মরিনা দোলাইরেং ওইদুনা হাপু লৈবাক শীনবা থুংনা চৎতুনা খুাইদগী শোনবা অমত্তং দোলাই অদুদা তোংহন্নবা কন্না হোৎনরি।

মমৈথংদা চাদ-থক্তবমখৈ লাইরিক্তা পাদুনা লৈবা শোল্লবা পণ্ডিত অমখক থেংনরে। মশা অদু খাচেৎ তংখায়নি। মিহুল খজিক খজিক হুন্নী হায়বতা ঙায়রে। হৌগৎতুনা লেপচবা ফাওবা খানা থোক্লে।

লৈগী দোলাই অদুদা মখোয় মরি চঙদুনা নমদুনা থাঙ্গৎলে। অদুগা পুরক্লে য়াম্না হরাউনা।

কোনুং মনুং য়ৌরগা দোলাইদগী তপ্পা থাংথৈ। য়াম্না নুংঙাইরিবদি লৈগী দোলাই তোংবগী হৌনশা অশিবা হকচাং পোলাংতা ঙায়রম্লে।

হকচাং পোলাং অদু খুাইদগী খাংবা সিংহাসন্দা থাঙ্গৎলে। নিংথৌ পুন্নমক চঙশিল্লক্লুনা তরাম্না ওকই, মকোক পুন্নমক নোম্লে।

'হে থৱাই য়াউদ্রবা প্রজা। নঙতনি ঐখোয়না পাম্লম্বা মীৎকুপ অমত্তংগী ওইরবসু' - মচীন্দা মুরূম মুরূম শোম্নে।

তারমান্নে, মতম খরদংগী মিহুল হুনবা হৌখি, হকচাং পোলাং মনুংদুদা।

মখা য়েংনিংলিবনি ঐগী পুক্নীং। লৈচীলগী দোলাই মথক্তা মমাই লৈদুনা হান্নগী মফমদা হল্লকখি। ঐগী পুক্নীংসু ঐগী হকচাংনা য়াতারম্নিবা ফমুং মথক্তা খংপ্রেক খংনা তারকখি।

ঐনা য়া তেকপা মতমদুদা ঐখোয়গী ইচেসু চাকখুম চঙবা য়াদবা মতমনি। মানা ঐঙোন্দা "য়াতেকপা, কদাইদা ঙাউশিন্নরুই, লাইরিক্তি পাগে লৈত্রদুনা?" হেক হায়রকপদুদা ঐসু পিং লাওই। য়াদু মানসু থুদেকপিবনি, য়ুমথক্তা হুনগৎখিদুনা পিথ্রাই খোংদ্রাইবীদগী য়া অফবা নিবিবসু মাননি। অদুগা ঐবু য়াতেকপা হেক হায়। ঐ য়া খুমজিল্লি। "ফৈ ফৈ হোরেন্দি খঙগনি, নমান্নবী অমত্তা লাকখিসনুদনা!"

হায়রিঙৈ তাঞ্জাদুদা ইচে অপাম্বী থুংলরে। শোর চনিং চমাং শন্নদনা ঐখোয়' ইচেদা হায় : "অইংবী, হোরেন্দী আশা সিনেমাদা পুং অমগীদো খঙলব্রা?"

ইচেনা খুম্মি - "অপাম্বী, খিৎ খৎকনু, ঐ মীরক চঙবা য়াদ্রে খঙলব্রা?"

ইচে অপাম্বীনা মমিৎ লাউথোক্কুনা খুম্মী "অদুবু নঙনরো, নুপী পুন্নমক্কীনে।"

ঐনা মরক থৎলি : "ঐখোয় ইচেদো দ্রামা য়াউরিবনি, সীতা শানি হায়ব্রা, দ্রৌপদী শানি হায়ব্রা - মখোয়গী স্কুলদা। লীলা তম্বদা খরা হেনজিল্লুরমাল্লে - ঙরাংদগী নারে'য়ে।"

ইচেনা লাউরকই : "নয়াদু অমগা তেকখিগেরা? নুপী মরক্তা ফৌমান হেক য়াল্লদনা।"

ঐনা খুম্মি - "ইস নঙদি নহাল নুপামচা মঙাগা চৎমিন্নখিবদো!"

ইচেনা মনাক্তগী চৈদু পায়খৎলগা তনখুম খুম্মকই : "হৈ পিকক্র, নং মতোইনরা?"

ঐনা য়া অতেকপা উৎলগা হায় : "ঙসাই অয়ুক্তিনে ইচে 'পাম্বী, নখোয়গী মিথুন চক্রবর্তীদু কোম্ভোং অস্বাইদা মোংঙম্বনি।"

ইচে অপাম্বীসু ঐঙোন্দা ওনশিল্লকএ :-

"ইবুংঙো নয়াদু খরগা তেকখিবা তারি। কান্নদেসে অইংবী, নঙবু লীলা য়াউরি হায়রিবসি অশেঙবরো?"

ইচেনা খুম্মি : "হো ওজা হেদমাস্তরনা সীতা শাগেরা, দ্রৌপদী শাগেরা হায়রিয়ে।"

অপাম্বীনা মুন্না খঙ্গে। ঐনা হায় : "ঐখোয় ইচেদি সীতা শানিংদে, মীগী মতৌমা ওইবা ঙম্মোই। দ্রৌপদী শাগনি - নুপা মঙা খাব্রাং লাক্কনি হায়বনি।"

হন্দকমুক্তি মখোয় অনী চঙদুনা ঐবু তাম্ভোরক্লে। মখোয় অনী চীকথনহৌই। রামায়নগী অমসুং মহাভারতকী টি, ভিদা উৎখিবশিংদু ৱারী মখা শমথহৌই দ্রোইং রূমদা।

ঐনা থোংনাউদগী লাউশিল্লমই : "হা ইবেম্মা ইতৈমা সীতা, হা ইবেম্মা সতী দ্রৌপদী - নৌপ্পা চৎচরে তামো রামগী মনাক্তা, চিঠিসু পিরমগে নহালগী পাণ্ডব মঙাদুদা।"

মখোই অনী কোনশিন্নদুনা নোকমিন্নহৌই মখজাই মখজাই পায়নরদুনা।

নোংমৈবুংগী ইবুধৌগী মপান্দগী মী কয়া মী ওইনখ্রে, মী কয়া য়ুম কায়নখ্রে। লাইফাউ চুম্বদা নোংমৈবুংগী ইবুধৌতনি। অতৈদি ঙহাক ঙহাক্কী চালাকনি। মণিপুর পূম্বা শেগাক কায়না মমিং চৎলি নোংমৈবুংগী ইবুধৌ। মাইবী, পাঞ্জী অমসুং খুবাক ময়ী য়েংবা অমত্তনা মাগা লাম্বা ঙমদে - মী তিনবদা। শেন্দাল শেম্লোকসু, ফাউরে হায়রিবা উকীল, মমিং লৈরে হায়রিবা ডাক্তর - মঙোন্দগী হেল্লমগদবা মান্দে।

পুলিস ইন্সপেক্তর তোমচৌবাবুসু নোংমৈবুংগী ইবুধৌগী অচানবা মশুশিংগী মনুংদা অমনি। চহী কুম্রামুক্তা ঙায়রিবী শকচু চঙখোল্লবী মেমচৌবীনা করম্না নোংমৈবুংগী ইবুধৌ ওইখ্রিবা? মদুনা তাংকক অমনি। মহাক্না চহী হুম্ফু তানখৎলক্লবা তোমচৌবাবুদা 'ইশু ইবুংঙো' নুংশিনা কৌবদুনি তাবদা য়াম্না নুংঙাইহিরিবা। করিগুম্বদসু 'য়েৎকী লমদাং' হায়নসু কোইরপ্না অদুম মকৌই। তৌবগীদি তোমচৌবাবুদা ঙাকসু নত্তে। নুপা পুন্নমক্তা। নুপীদনা 'ইমোম', 'ওইগী লমদাং' অসিতনি।

তোমচৌবাবুনা ময়ুমদা লৈবা থোক্লবদি মাগী নুপী কমলিণীগা শান্নবা ৱারীসি, অয়াম্বদি নোংমৈবুংগী ইবুধৌগী মরমদনি।

"কমলিণী, ঐ ইবুধৌগা উন্নরমদ্রবদি কনস্তেবলদা সার্ভিস অসি অসুম

লোইরমলগদবনি।"

"হায়গুন্নদনা ওম্রোক্লা চুন্না চুন্না ফাওথ্রে হায়মি। লাইদা লাই অশেংবা হায়বদুনি।"

"নগুগী লীক মাগুখিবদুসু ফংলেদনা?"

"ফংলে"

"কোক তোয়না গুাওবদুসু ফখ্রেদনা"

"ফখ্রে"

"ব্লাৎলিবসি সরোজিনীগী মতাঙদা মগুায়রে।"

লূমদুনা তারম্বী মচা নৈশাবী সরোজিনী মমা মপা অনীগী ব্লারী থৎলদুনা চংশিল্লক্লুনা ফমলরে।

"বাবা, ঐগী করি ব্লাৎলিবা?"

"ইবেম্মা, উকীল শোয়নৌ, নখোয়না তানিংপোৎ নত্তেদা।"

"করিগী তানিংগুোয়দৌরিনো? বাবাখোয়গী ইবুধৌনা ঐগীদমক্তা করি লাইফাউ তৌরকপগে হায়বা?"

মমানা খুন্নকই : "নগুসে নুপা তাগুঙি হায়রিনে ইবেম্মা।"

"তৃকচৈয়ে" হায়রম্নগা ফৎ থোকখ্রে।

মমা মপা অনীনা নোক্লুনা লৈহৌই। তশেংবদি - সরোজিনী চহী কুন্থ্রা নকশিল্লকলবনি - এম এ তমলি, লো তমলি, তৌরিগুেদা। মমান্নবদি মচা অহুম মরি শূনখ্রবনি। নোংমৈবুংগী ইবুধৌসিমক মাগী চহী লেঙ্গানি।

* * *

মথগুগী নুমিৎনি। সরোজিনী গুম্ভ হৌগৎতুনা ইরু-মাইথজথোকই। মমাদা হায় : "ইমা, ইবুধৌগীদা চৎলূসি।"

মমানা গুকই! অদুবু চৎননবদি শেম শারে।

সরোজিনীনা হনুবীগী ফিজেৎ গুাক্তা শেৎচিল্লী। চন্দোন লংনা থিনজিল্লী। মেক অপ তৌদুনা মমায় খুইজিলহল্লি। মমাদগীবু হেল্লো হনুনা উরে - মিংশেলদা। মমাগী হৱাইশেন্দল অহেনবা জুরা অমা লৈবদু তোংশিল্লি।

"লোইরব্রা ইমা।"

"লোইরে, লোইরে" মমানা খাউ মচা অমদা মোমবর্ত্তি, ধূপ হাপ্লী। "হে-রাদি কৈথেলদগী অদুম লৈখ্রসি।" গুাংনা গুাংনা থোরকপদা সরোজিনীগী ফিজোল উবদা - "হৈমা, করিনো নগুনা তৌরিদুদি?"

"ইমা, ঙসিদি ঐনা হায়বা খরা ইনবিয়ু। ঐ নঙোম্পা কমলিণী কৌগনি, নঙসু সরোজিনীতা মহায়বিয়ু। ইমা ইচা মালহনগনুসি - হনুবী অনী - অসিখক্তনি, ইবুধৌগী মাঙদদি। কো।"

"করিনোনে তৌদৌরিসিবো?"

"কৈসু নত্তে, চৎলসি, হোরেল মফম অদু য়ৌরগা রা অমত্তা ঙাংবিরক্কনুকো। ঐনা অদুম থোকপা থোকপা তৌগে।"

* * *

মমা মচানা ইবুধৌগী য়ুম য়ৌবদা অয়ুক পুং নিপাল তারে। নীংথিনা শারবা লাইশঙ মচা অদুগী অকোয়বদা মীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নরি। চন্নক্তদুনা শূমাং মাঙ্গোল মীগী মী ঙাক্তা ঙায়খ্রে। লাইশঙগী মাঙ্গোল মচাদুদা কবুইগী ফনেক শেৎপী, ফিমু ইনবী ইবুধৌ লাইফাউ তৌরি। পূন্নমক্কা তুমিন তুমিন তানরি। লাইশঙ অদু অঙাংবা শত্র মচা মচানা ইকোই কোয়না য়ুংঙি। চিরোং থেৎলি। হাউশম য়াম্নী কাংজৈ কাংহ কয়ামসু মচি মচিদা থেৎলি। মোমবর্ত্তি তরেৎ পূন্নপ চাকলি। ধূপকী মৈখুনা ইমম মম্মী।

মমা মচাসু চঙশিন্দুনা খুরুম্মী। পুরকপা পোৎলমশিংদু দক্ষিনাগা লোয়ননা কৎশিল্লি। অদুগা অহাংবা মচি অমদা চত্তুনা ফমথখ্রে। মখোয়গী তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈখ্রে।

মী অমদা মিনিট মঙা মঙাগী লাইফাউনি। লোন্দুদি মৈতৈলোনবু মানদে অরাং-অনেমদা ওইরবসু লোন্নীনি। মন্ত্রনি, তন্ত্রনি।

পুং অহুমলোম ফন্নবগী তুংদা মমা মচাগী মতাং লাক্রে। "নহানা অহল শাবী ইমোম, রারুরগনো পারী ফংলগনি কুইররোই নবুধৌ ঐনা করিগী খঙদনি?"

সরোজিনীনা হায়, "ইবুধৌ ঐদি পারী পামজদে, মারুতী অমত্তা থুনা ফংহনবিয়ো।"

"ফংগনি ফংগনি, শোইদনা ফংগনি পারীসু, মালোতীসু।"

"পৈশাদি লৈশু লৈতনা?"

"ইমা তরেৎ লৈরি, রাগনো। হাউশম কৎলো, ঙারম তরেৎ শারম তরেৎ, কবোক নাচল তরেৎ কৎলো, ফিমু কৎলো, থাং কৎলু, তা কৎলু। কুবিগনিয়ে।"

সরোজিনীনা মখা হংনিংবি। য়াখিদ্রে মথং অমা চৎথখ্রে।

* * *

থা মঙা তরুক হৌখরে। পূন্নমক কৎলবা ফাওবদা ইবুধৌগী লাইফাউ

সরোজিনীগীদমক্তদি অরেম্বা তারে। তোমচৌবাবুগা সরোজিনীগা নাকপাক তানরে। ইমুং কায়গদৌরে। সরোজিনীনা আইনগী মতেং লৌনিংখি। ইবুধৌশাবী মেমচৌবীনা নমথাক তৌদুনা মীগী পুন্সি কয়া লাইধীগী মতৌগুন্না শাম্নরিবসি কোকহন্নীংখি। মদুতনা অন্ধবিশ্বাসকী কৃয়োমদগী মী কয়া কনবা ঙমগনি থনখি।

ৱাফম অসি মেজিষ্ট্রেট কয়াগা চেম্বরদা তাঙ্গা হেক হেক ফংবদা ৱারী শাই। মেজিষ্ট্রেট অতৈনা মখা কয়া তারক্রবসু নৌনা মেজিষ্ট্রেট কাখিবা নীলকমলনদি পুক্নীং চংনা তায়। তাঙ্গা হেক ফংবগা সরোজিনীদা ৱাফম অসি হৌদোকই, ৱারী মখা কয়া চংথৈ।

অফিসতা ৱারী শাবতা নংতনা ছুটিদা নীলকমলনা সরোজিনীবু মাগী মারুতী কারদা পুদুনা অহল ওইবা মাইবা মাইবী কয়াগী য়ুমদা চংতুনা ৱারী ৱাখোং কয়া কৃপ্না হংলুই। ৱাফমশিং অসি কোর্টতা করম্না পুশিল্লকুনা অচুম অৱান লেপকনি অসিনি - ৱাহংদি।

ৱাফম অসিদা চয়েৎনরকপা থা মঙা তরুক হায়রক্লে। লোয়ননা নীলকমলগী পুন্সি সরোজিনীনা খগুলক্লে। সরোজিনীগী পুন্সিসু নীলকমলনা খগুলক্লে। নীলকমলগী নুপী মচানুপা অমা পোক্লম্লগা শিখিবা চহি মরি মঙা শূরমলগনি। সরোজিনীগা অঙাং অসিগা শকখঙনবা নোংম নোংমগী হেঙ্গৎলকলি। সরোজিনীদা ইমা কৌবা হৌরক্লে, হেক উবগা। নীলকমলগী অপেনবসু মাগী মারুতীদা সরোজিনীগা মচানুপাদুগা মখোয় অহূম মাইবা মাইবী ওজা গুরুশিংগী য়ুমদা চৎপা অদুনি।

খগুদবা খগুলক্লে, তাদবা তারক্লে। নীলকমল অমসুং সরোজিনী আইনগী হৌনবী মতুংইন্না লুহোংগ্রে। তোমচৌবাবুনা অওং-অউন চাউনা তমজখি।

লম্ফেল হোসপিটালগী মীরেনশঙ মপান্দা কুলোসু ফমলি, ইবেনীসু লেপ্লি, লাপ্লা। নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অহুম মরি হায়রক্লে। অয়ুক অঙনবদগীনি চাদ থক্তনা ঙাইরিবা। পুখোরকপা ঙায়রি মচাগী অশিবা মশা। থবক চিল্লি মীরেনশঙ। চঙঙি থোকখি - ডাক্তর, নর্স, এতেনদেন্ট কয়া। মী শঙ্গু শঙ্গু লাকখি, গাড়ীগা লোয়ননা - পুনখি অশিবা মশা মথঙ মথঙ। মমায়শিংদো, মমিৎশিংদো, খোঙথাংশিংদো - কনানবু পুক্লীং মকা লামনা য়েংবা ঙমগনি? যমগী লৈবাক্তসু অসুন্নবু তৌরমগদ্রা?

কুলোসু, ইবেনীসু - ব্বা অমত্তা ঙাঙদে। পুথোরকপশিং, মমিং লাউথোরকপশিং, খৌরাংনা ঙায়জবতনি। ঙাই হায়বতনি নীংশিংবদি লেপ্পু য়াদে। মঙ হাঙুম পুক্লীংদা ওস্লোক্লা চরাংনৈ, হান্না চরাংনরকপগী মথক্তা।

চহী কুনগী মমাঙনি, অঙাং অসিবু মীরোনখিবদু, লৌন-লৈনবা য়াদে হায়রবমক্তদা। অদুবু কমদৌনি নক্লরুরবনিনা। ইংলিশ ফিলম অদু য়েংবা চৎমিন্নরমদ্রবসু ফগদৌবা। লোল্লা য়েংবনিদি হায়ববু মিৎ কুপ্পা য়াখিদে মদুগী ফিলমদু - উংলোইদৌবতা উংখি।

মদু খঙবিদবা অহল লম্মন্নদি - "লমহেনবা লমহেনবী", "হুন্নানবা হুন্নানবী"। লৈকাই অদুদা কুলো অমসুং ইবেনীগী মায়বু করম্ন উংকনি। মতমনদি য়ারক্লে। থা

অহুম মরী হায়জিল্লক্লে। হৈশিংবী মনেনা ইবেনী লুহোংবিগ্রে থাপ্লবা য়েলহাংগী লৌয়াম চাবা মহাজন অহল অমদা, অতোনবী ওইনা। লুহোংবা নুমিত্তুদগী কুলোসু চারা নামগী খুরাইগী ময়ুমদু থাদোকখি। মমা লুখ্রাবী অমসুং মনাওনুপা অদুনদি কন্না খামজবনি। উপায় লৈখিদে ইকায়খিবদগী। ককচিংদা দুকান ফমদুনা লেনখি। পাউদি ইফাও ফাওনখি - অঙাং অদুগী ষষ্ঠী পুজাগী ধুম-ধাম, নুপাগা ওইশিল্লে।

কুলোনা য়েলহাংদা তোয়না লাকপদু ইবেনীনা পামখিদে। ঈঙ্গিৎ কয়া পীরবা ফাওবদা ইকায়বা মখণ্ড্রবদা মপুরোইবা তাক্তুনা শিদে ফাওবদা খাক্তুনা ফুদংহনখি ময়াম খোম্লগা। থম্মোইদদি মদুগী চৈনা পুন্নমক মানা খাঙখি। কুলোদি অহোইননা অপেনবা পোকখি - মানা তৌজরুবা পাপকীদমক। অদুবু মচাগী মশক উদবদুদি খাঙবা য়াখি।

মীনিদনা। মাসু ককচিং নিংঙোল অমগা লুহোংলে, চহি মঙা তরুক্কী তুংদা।

মতমগী খোংজেল লেপ্পা লৈতে। চহী অমগী মথঙদা অমা, মথঙ মথঙ চংখি। কুলোগী অমত্তা পোকপী যমুনা ফাওবা চহি তরানীথোই হায়রক্লে। ইবেনীগী মচানুপা অহল লোকেনদি শোয়দনা চহি তরাতরেৎ নিপাল শুরম্লগনি। কুলোনা মাগী লিখুনদি লেপ্তনা লিরকখি। ফোঙদোকচবদি ঙমজদে। ককচিংদা লোকেন্না লাকপা মাগী খ্বাইদগী পুক্লীং মকা লামজবনি। কুলোনা লোকেনদা নুংশিনা য়েংবা মিৎয়েং, লোকেন খক কাউদে। ময়ুমদা মরীক চুন্না চুন্না তম্মি। মমানা হন্দক্তি কোয়রুরে ফরে, মতুংদদি য়াদে অসিনি। লোকেন মখা তাদে। কোয়নিংবদি নুমিৎ খুদিংগী কোয়নিংখি। কুলোগী ময়ুমদা যমুনাগা শান্নবা, লক্লবা, য়ারী লিবিবা - মাগী অয়ৌবী পামজবীনি।

লোকেনগী সঙ্গ চাউরকখি। মোইরাং ককচীংদগী ইম্ফাল, উখ্রুল। অদুদগী আসাম, বেঙ্গল অমসুং দিল্লী। মণিপুর য়াংম লাল্লগা মাগী থম্মোই লৈতাদবা হেল্লকখি। মীগী লমগী মচানা ফংলিবা খুদোংচাবা উরুরগা মণিপুরগীদমক অয়াবা শোর কয়া হোল্লকখি। হল্লকপদা ময়ুম চঙদে। ককচীংদা। কুলোগীদা। য়ারী কয়া শাই, মমান্নবা কয়াগা লোয়ননা। য়ারীশিংদু কুলোনা শিৎ শিৎনা তায়। কুলোগী পুক্লীংদা অকিবা কয়া পোকখি। চেকশিল্লু হায়নিংখি ইবেনীদা। তাঙ্গা ফংখিদে, ইকায় নুংশি য়াম্রখিবদগী।

হায়বগা তৌবগা লোকেন মাঙখিবা চহী অহুম শুরক্লে। য়েলহাংদসু লৈ তাদ্রে, ককচীংদসু লাকখিদ্রে। পাউ তৎগ্রে। যমুনাদনদি হায় শোম্থাংননা বরমা। বরমাগী

খবরগী পাউ লৈবাক্লা ঙাঙনৈ। থানানা থিরিবশিংগী মনুংদা য়েলহাংগী লোকেনসু অমনি। কুলোসু তাই, নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী ইবেনীসু তায়। পাউ ফাউদোক্লবদি ঙমখিদে।

ফাউদোক্লখিবা হায়ববু ঙরাংগী খবরগী পাউদুতনি। কুলোনা পায়রিবা খবরদুগা ইবেনীনা পায়রিবা খবরদুনা অমত্তনি। খবর অনী অদুনা থম্মোই অনী শমজিন্নবগী অমত্তা ঙায়রবা উপায় ওইরি।

খবর অদুনা হায়রি উশোইপোকপীদা সিফাইগা লালহৌবা নহারোলগা কাপ্পবদা সিফাই মঙা, নহারোল তরা শিরে, নাকল অনীদা অশোক অপনবা য়াম্থে হেন্না হোসপিটালদা লায়কন্নরি। অশিবশিংগী মনুংদা য়াউরি লোকেন, য়েলহাং, চহি কুন। মমা মপানা লম্ফেল হোসপিটালগী মীরেন শঙদগী অশিবা মশা লৌরবা য়াগনি।

পাউ নুংঙায়। অব্বাবগী ওইরবসু, নুংঙায়বগী ওইরবসু, তং তাবা অমদি খঙলেদনা।

শিসনু লোকেন কয়া, সমাজ অসে হাকমল্লে ভাব তানদবা। কুলোনা খঙদবা য়ায়। ইবেনীনা ভাব তাদবা য়ায়। মাঙদা লেপ্পিবা নোংমাইজিং চীংনা, কৌব্রু চীংজাওনা, লোক্তাক পাৎনা করি খল্লিগনি অসিনি অর্থ হায়ববু। ময়াম্রা ঙাংনৈ।

কুলো অমসুং ইবেনীদা মদুগী ব্রা লৈতে। মশক্তনি মখোয়না উনিংলিবা। অদুবু পুথোরক্ত্রিবনা উবা ফংদ্রি। তাঙ্গা ঙাইবদা থাঙ চঙদে, ঈশিং চঙদে, নুংশিৎ ফাওবা চঙদে।

পুংদি মঙা তাশিল্লক্রে। মীসু তাকশিল্লক্রে। পুথোরকপদি লৈতে। পুথোরক্কদবা ব্রাৎলিদি হায়।

কুলো অমসুং ইবেনী - মী ময়াম মরক্তুদা অমগা অমগা য়েংশিন্নদবা শায়। লোন্না য়েংনবদি অয়ুক্তগীনি। মিৎ চান্নরুবগা ইলেকত্রিক করেণ্ট শমজিন্নবনি। কোকচাউবী কানবনি। কনাবুসু উদবনি, মখোয় অনীতগী সংসারনি। লোকেনগী ব্রাবু কাউবু কাউই। হৌখ্রবগী ব্রারী - হন্না হন্না মঙ ওই হা ওই অসুম অসুম উবগুম তৌরি।

মী তরামঙা লৈবা ইমুং অদুগী খ্বাইদগী ফজবা, লোয়ননা, অব্বাবসি, পীকলবা ইংখোল অদুগী য়ুম মচা অদুদা খাঙজিনবদুনি। অসুম খাঙজিল্লি, অসুম খাঙজিল্লি। অদুবু নোংমদি মৈরিক অমা হৌরকই - বাথরুমদগী।

নুতিগী অয়ুক অঙনবদা মথঙ মনাউ নাইনা, অমত্তা ঙায়রবা পীকলবা বাথরুম অদুদা চঙনবনি। ঙসিদি, কাকাচৌনা, মাগী মতম মিনিট তরাদগী মিনিট তরামুক হেন্দোকখ্রে। হান্নসু খঙহনলমদে, অহন্নি হায়দুনা মনিং মখা তৌই। তাঙলবা মিনিট তরা অদু থেঙথরকপদদি, মথঙ মথঙ প্রোগ্রাম কায়নরকপদগী, ইমুং অদুদা লৈরিবা নুপী অঙাং পুন্নমক মচীন ফাজিনবা ঙম্নরক্রে, মুরুম মুরুম শোন্নরকলে - "ঐখোয়গীসিবু বাথরুম অমদগী হেন্না লৈতবা য়াদবা জাৎলা? অনকপদসু লমহাং তুহাং, মচি মরুম অমত্তসু লৈতে।"

"করিগী য়াদনি। হোরেল নুমিদাংদি শোয়দনা মিটিং তৌদবা য়াদে। কাকাচৌ য়াওনা লোইনা পাউ পীরসি, চপচানা পুং নিপাল তাবদা।"

"অদুদি ঐখোয় পুন্নমক্কী দিন্নর মতমনি। মিটিংগী মতম চারবসু এজেন্দাদু কয়া নুংঙাইরোই।"

"অদুবু কৈদৌয়েগে? নৎত্রবদি হয়েং অয়ুকসু অমুক চরাঙননি।"

"খরা খাঙখিসি, মতমচাবা ঙাইখিসি।"

"হৈ অদুদি, অয়ুক্তা বাথরুম মমাঙদা তৌবা তাই মিটিং।"

অয়ুক্কী মিটিং ফজনা পাঙথোকপ্রে। কা খুদিংদা অমমম তোপশিনবা তারে। শেলদি কাকাচৌনা। মতমসু থা অমগী মনুঙদা।

কাকাচৌ মোং হাদনা খাঙজিল্লি। থনুংদা ঈপোমদি হৌই। শেলনা কদায়দগী? ইমুংগী লাইরম-তীল্লমনা কমদৌবা? অদুবু ৱারেপতি লৈপ্রে। থা অসিমা হকচাং অসিনা বেরা-শালা হেঞ্জিল্লকলিবা।

হান্না পীক্কুনা লৈরবা ইংখোল অদু মচেৎ অমা থুরেমখৈ য়োল্লে য়ুমলোন্নবদা। আর্কিতেক্ট, ইঞ্জিনিয়ার তান্নরে। অৱাবদি হান্না শারিবা অদুদদি প্লান ইয়া ময়াদ্রে। নৌনা, মতমগী চৎনবী মতুংইন্না শাবা তাবনি।

পাঙথোক্কবা য়াদদুনা নৌহৌননা মিটিং অমুক তৌরে। কুপ্না খন্নরবা মতুংদা হৌজিক্কী অপীকপা ইংখোল অসি থাদোক্কুনা লম খরা চৎথরগা খরা চাউবা, শেন্থা থোক্কদবা ইংখোল অমা য়েংদুনা, অনৌবা থৌরাং পায়খৎপনা খ্বাইদগী হেন্না ফরে খন্নরে।

য়ুমলোন্নবগী উপায় অমুক লৌরে। লিশিং কুন্থ্রামঙাদা য়ানরে। হান্নগী তরা মঙাদুগা য়াখ্খেদি লৈরে। লম লাপচরবসু লমজাউ ময়াদা লৈবা য়াইমরক চাউবা ইংখোল অমা, কোয়থি থিরবা মতুঙদা, ফংলে। মমলদি য়াখ্খেমঙাদা চি লাউনা য়ানবনি। য়াম্না ৱানা, লৈদি লৈরে ইংখোলদু থা অমগসু হৌথরে। য়ুমদি শাদ্রি।

ইকায়-খাঙদগী ভারাদা লৈরকপসু থা হেনজিল্লকলে। ভারাগী কাশিং অদুদসু বাথরুম অমত্তা হাপতে। পুন্নপকী ওইনা অমত্তনি খরা লাপলপনা। মীদি চামগা তরামঙানি।

"অদুদৈদি কমদৌরে বাবা?" চহী তরামাথোইগী মশুনুপানা ইতিহাসকী ওজা মপুবোক্তা হংঙি। মপানা বাবা কৌই হায়দুনা মহাক্সু বাবা কৌই মপুবোক্তা।

মপুবোক্না লীথেঃ "নীংথীনা মতম চঙনা শেমগৎলকলবা রোম সহরনি, ফজবদা মপা লৈত্রবনি মতম অদুদা। চেক্কী দলালশিং নুংঙৌগী দলাল ঙাক্তা ওইখ্রবনি, লম্বী শোরোক উফুল মরীক অমত্তা পক্রবনি। হৈকোল লৈকোন্না মচি খুদিংদা সনাগী মথক্তা তম্ফা থিল্লবনি।"

মশুনা মরক থৎলকই: "মশানা ফজফম থোক্রবনি। জুলিয়স সিজর হায়দুনস্, আগষ্টস নিংথৌরেন্নসু, প্রজাগী অপাম্বতা য়েংদুনা লৈবাক কয়া লোই চন্নুরগা অকে অমৌগী পোৎলম খুদিংমক পুরকখি, মীনাই মীশল কয়াগা লোয়ননা হায়দাইনে।"

মপুবোক্না খুমইঃ "চুম্মি। তৌবগীদি ঙসিদগী চাউরাক্না চহী লীশিং অমগা চামাপল কুম্মাপল্লোমগী মমাঙগী রানি। অকনবনা অচুম্বা শকপনি, অশোনবনা অরানবা তাবনি।"

"অদু ওইরবসু বাবা, মখোয়দি লাইবক য়াম্না ফৈদা! ঐখোয়দি হৌজিক ফাওবা উফুল মরক্তা অসুম ওল্লি, মোৎনা মোৎলিবা, য়ুমকৈনা মওং চাদ্রিবা, য়েংখি য়েংখিবদা জঙ্গলগী জঙ্গল ঙাক্তা?"

"ঙায়খো মোধু, নঙগীদু মায়গৈ অমদা চৎখ্রে। ঐনা লীরিবসে ৱারীনে। নঙনা ঙরাং হংখিবা কলিগুলা হায়বদু নীংশিংলিব্রা?"

"নীংশিংলি বাবা। মাদি মশক ফজবগী মতীক মবূক য়াম্না ফত্তবা নিংথৌরেন্নি। রোমদসু ফত্তবা নিংথৌ হায়বসি অদুম লৈবা জাৎনি। অদুক চাউখৎলবা রোমদুদা মামুক ফত্তবা নিংথৌরেনসি অতৈ লৈরম্নরোই খল্লি।"

"লৈ" মপুবোকনা হায়।

"মদুদুম তাগে বাবা, কনানো?"

"অফবা মী অদুক য়াম্বা লৈবগুম্না ফত্তবা মীসু মশীঙ থিঙমদনা অদুম লৈবা জাৎনি। অমখক্তং হায়গেকো।"

"য়াম্না তানিঙলে।"

"নিরো।"

"ও, রোমনা মৈ চাকপদা বাঁসী খোংঙি হায়দুরো?"

"খোংখিদে, 'সুম হেক্তা হায়খিবা জাৎ মাল্লি।"

"করম্না?"

"মতম অদো খৃষ্টগী কুমজা হুম্ফুমরিগী জুলাই থানি। অহীং-নুংথিল খায়দনা নুমিৎ তরেৎনিরোম শহর তঙখায় হেন্না মৈনুংদা লৈখি।"

"নিরোনা থারিনি?"

"থাদে, মাদি মৈ কম্নবা হোৎনবদা থৱাই খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনখি। রোমগী অঙম অথৌ কয়ানা, শক্লায়রবী নুপীনহা কয়াগা লোয়ননা ঈশৈ জগোয় তৌদুনা লীলা শান্নদুনা ভাইওলিন খোংদুনা, মহী-মনায়গা লোয়নরবা নুমিদাংগী চাকলেন চামিন্নখিবা কয়া - মহাক্কা চপ লেপহনখি। মৈ কম্ননবা হোৎনবদা পুন্নমক্কী মতেঙ লৌখি। ফাইয়ার ব্রিগেদকী থৌশীল মা মশানা য়েংশিনখি।"

"ঙায়খো বাবা, মতম'দুদবু ফাইয়ার ব্রিগেদ লৈরব্রা?"

"ফাইয়ার ব্রিগেদতা হায়য়ে, অঙম্বশিংগী আইনসভা - সিনেট লৈরে, ম্যুনিসিপালিটিগী থৌরাং মপুঙফানা লৈরে, মরীল লৈরবা হায়বা ইন্নবা সিফাই মরাং কায়রে।"

"অদুদি ময়ুম মকে চাকত্তবা প্রজাশিংদুদি কমদৌরি?"

"নিংথৌগী পাকচাউরবা নীংথিজরবা লৈকোলশিংদুদা কেম্প শাদুনা লোয়না লৈহনখি। রিলিফ ফন্দ শেমদুনা অৱাৎ-অপা কয়া লেন্না য়েনখি।"

"অদুনা লোইরব্রা?"

"লোয়দ্রি। মৈ থারম্বা মীশক থিখি।"

"ফংখিব্রা?"

"ফংখিদে, প্রজা পূন্নমক চপ মান্নখি।"

"অদুদি, প্রজানা থাবা জাৎলা?"

"ওইরম্বসু য়ায়, প্রজানদি য়ান্না য়াদবা নিংথৌরেন্নি।"

"করম্না?"

"হৌরকফম শেংদে, শাজৎ মোৎলি, দায়িত্ব মশক খঙদে হায়না লৌনখি।"

"ঐ ভাব তাদে বাবা?"

"মমাগী মমিং অগ্রিপ্পিনা কোই। মপন নিংথৌ ক্লাউদিয়স মরৈ লোম্বা, হকচাং, শোইনাইবা, পণ্ডিতুকী মরিশুবা মহারানীনি, নৌনা শিগ্রবা কলিগুলাগী মচন্নি। মাগী হান্নগী মীচম মপুরোইবদুগী চেন্নকপা মচানি নিরো। মাগী খুজিল থৌরাংতনা ক্লাউদিয়সপু হু পীজদুনা হাৎতোক্লগা মশাগী চহী তরাতরেৎ শুবদা নিরোনা নিংথৌ খুবম ফংবনি। নিংথৌ খুবম শেন্নবদদি থরায় য়াউদ্রদুনা অকে অমৌ, নুপী নহাদা পুক্লীং হকচাং লূপখি। মীশৌ কল্লবী মমানা চুমথোক্লবা লাক্লরকপদা মী নেক্তুনা মমাবু হাৎতোকহল্লি।"

"মাদি ঙাওরেদনা!"

"অদুদা নত্তে, মাগী মহারাণী ওক্টোভিয়া লৈনা লৈনা কোয়মিন- ঙাওমিন্নবা মমান্নবগী নুপী মশক ফজরবী পোপ্পীয়া নমদুনা লৌই। পোপ্পীয়াসু লায়রমদে, ওক্টোভিয়া হাৎতোকহল্লি। অদুনসু লোইদ্রি, কোনুংগী শেল থুম অরেম্বদা লোইথোকই চাকচা-হৈজানবদা, ঈশৈদা, জগোয়দা, দ্রামাদা, ভাইওলিনদা। মীগী মপোৎ মৎপদা হালেংবা লৈতে। মশামক অহিংদা অরোনবা ফিজেৎ শেত্তুনা কোইচৎ চৎলি, অয়ুক নুংথিলদা শোরোক্তা মীয়াম মমাংদা অরৈবা মীনাইগী মতৌশুন্না জগোই শাই। মশাগী নুংঙায়নবগীদমক প্রজাদগী ঈ চুপ্তুনা খাজনা খোমগৎলি, মীনুংশি খঙদে।"

"চুম্মে, রোমগী মৈদু প্রজানা থাবা শোয়দনা ওইরমগনি।"

"ফত্ত লৌশিং তৌদুনা রোমদা লৈবা নৌনা চঙলকপা খৃষ্টিয়ানশিংদা তায়শিন্নে। খৃষ্টিয়ান পূন্নমক তখৎতুনা ফাগৎলে, ওৎলে, নৈরে, কয়া অমা য়োক্তুনা থন্নিবা মবুক লান্নবা নোংশা মরক্তা হুজিন্দুনা হাৎতোক্লে।"

"মদুদি প্রজানা য়াব্রা?"

"য়াই, মখোয়গী দোষ থিগৎলক্লেদনা। প্রজানা য়ানবা হায়দুনা নিরো, হান্নগী

ওক্তবা শাজৎ তৌশিন্নদুনা থাদোকপ্রে। লৈবাক্কী থবক্তা পুক্নীং চঙলে। অঙম-অথৌ, মীনাই মীশল, অহৈ অশিং কয়াগী মতেঙ লৌদুনা রোম অমুক হন্না শেমগৎলে, হান্নদগী হেন্নদুম ফজহল্লে।"

"অদুদি প্রজা হল্লাওরমলগনি?"

"হল্লাওরে, প্রজা ময়াম হল্লাওরে। অদুবু ফাগ্রবা ঈশৈ অমুক ঙংলকপঙুম, প্রজাগী অখাবা মিৎয়েং লৈরক্ত্রবদা মাগী হান্নগী শাজৎতু অমুক ফোংনা হৌরক্লে।"

"করম্বা মওংদা হৌরকই, বাবা?"

"নিংথৌ খুবম ফংহৌবা য়াবা মরিমত্তা পুন্নমক লোন্না মী থাদোক্নুনা তক্নুনা হাৎকৎলক্লে। মরিমত্তাদা নত্তে, মচীল চৎপা, মরীল লৈবা অঙম-অথৌ মথঙ মথঙ শোইদৎলক্লে। চীংনবনা মাগী লাইনিং ওইরক্লে।"

"মদুদি প্রজাশিংনা খঙদ্রবা জাৎলা?"

"খঙডি, ফিদল হায়না খঙনবা ভাইওলিন্দু তোয়না খোংলকপদগী।"

"অদুদি, রোম মৈ অমুক থাগদৌরব্রা?"

রাখল তৌনা মরৌ লৈনা মপুবোকনা মঙনুপাদা খুমখি : "তৌখিদে। মশাগী চহী কুন্থ্রামাথোই শুবদা নিরো খাঙুথক্তা কেমখি। প্রজাশিংনা হায়নখি - মথন্নতা শিজরম্নে।"

মন্নক্রবা তেক কায়থরক্রবা থোং নম্বোনবীনা য়াঙগংলবী নম্বুল তুরেলদা হায়ঃ

"চৎলসি ইবানি দিল্লীদা।"

নম্বুল তুরেলনা তম্দে মান্দে খুম্মিঃ

"নগু চৎখ্রো। ঐদি নুপী কৈথেল, নুপা কৈথেল সেবা তৌবা লোইদ্রি।"

"অদুদি ঐসু তেকপা লোইদ্রি। নঙগী ঈরমসিসু ফুনগদবা য়াৎলি।"

"ফুম্মুনা হেক্তা। মাদু হেক ঙম্বগা দিল্লী হায়বদো চৎমিন্নরসি। লালকিলাদবু লৈমিন্নরুসি।"

"লৈবতা নত্তে, লালকিলাদগী কংলা ফাওবা লম্বী অমা শেমগদৌরিবনি। নঙনা থোংলম য়াৎকনি, ঐনা অদুম অশাংবা থোং নম্বোনবী ওইগনি।"

"থোং অদুদি কনানো লানগদৌরিবা?"

"কনামত্তনা লানদনবা।"

"লানবিদ্রগা করি কান্নগদৌরিবা।"

"নিংথৌ তুরেলগুম লৈখিনবা। মথা অসিনা প্লোট লোয়না ওইখিনবা।"

মৈহৌরোন্দগী পেবম শাগৈগা শাপম শাগৈগা য়ানরক্তে। য়ানরক্তবগী মরম য়াম্না চয়েৎনৈ। অমুকসু য়ানরবগুম চাক চান্নখি, অমুকসু য়ানরক্তবগুম চাক হেক তোকনরগা ব্লাহৌ অমা নত্রগা অমদগী চাখিবা পুন্নমক হন্দোক্লিংবা ঙাক্তনি। তৌবগীদি শাগৈ অমনা অহল্লুপকীনি, অতোপ্পদুনা নহারুপকীনি। য়ুমলোন্নৈদি হায়রগা তুরেল অমনা খল্লি। তুরেল অদুসু তুরেল নত্তে, খোংবানগুম্বা ওইরক্লবনি। পীকপদা নত্তনা শাগৈ অনীগী অমাংবা হৈথফমনি। অমাংবতনা তোবর্বানগী লম অসুম অসুম খোপচিল্লক্তুনা পীকশিনখিবনি হায়নৈ। তোবর্বানগী মনা মশিংদি ফৈ, অদুসু মপুংফাবা ঙাইঙমদে, হুরান্নৈ, ফুক্তোক্লৈ। লৈকংলা হেক্তা ওল্লি। কুইনা ওনবা নত্তে। কুমগী নোং লাকপগা অমুক য়োৎপাক্কা থাঙজৌগা মচেৎ অমত্তা খাক্তে - হঙ্গাম য়েলাং, তিলহৌ, চনম, ফদিগোম পাখোন অমসুং চানত্রুক পীক থল্লি, ফজ ফজনা হৌরকই। হঙ্গাম মপাল শাবা মতমদদি খোইনিং, চরোই, খোইবী নিংথৌ, হয়িংখোই অমসুং কুরাক্কী শান্নফমনি। নুংশিৎকী ঈপোমদা অহল্লুপ নহারুপ অনীমক ঙাউমিন্নবনি। ফৎনরক্ত্রিবসি নুমিদাং ব্লাইরমদগীনি, মমশিল্লকপদগীনি। অমম্বগী শাজৎতগীনি।

অহল্লুপতা মচীন চৎলিবসি পেবম তোনানি। চহী হুম্ফু তানখৎলকপদা মকোক

অদু পুমতাং তাংলে। লাইরিক য়ান্না ফনা হৌখিবনি - মকোক মথংতা তাখিবনি। অদুবু মা লাইরিক হৈবা হায়বদুদি নত্তে মশাগী জ্ঞান বিজ্ঞান মতমচানা মফমচানা শীজিন্নদে। ধর্ম্মগী মতমদা রাজনীতি তৌই। রাজনীতিগী মতমদা জ্বারগী মিহুল হুল্লি। জ্বারগী মতমদনা নেশা চাই। নেশাগী মতমদনা ধর্ম্মগী রাঙাংঙি। অদুবু মাগুম্বদি অহল্লুপতা হান্নরা অমুকতা পোকখিদ্রি। মতুংদসু পোকলরোই। মাগী মচা মশুশিংনা নাপল তৌজবনি। নহারুপকী মীয়ামগা মায়য়োক্নবা ঙম্বদি মাতনি ফরবসু ফৎত্রবসু।

নহারুপকী অফাউবা শারিবনা শাপম মেরানি। নহানি, চহী কুন্থ্রামুকপু হায়গদ্রা? ফিবমগী হায়রবদি চহী ইয়াও য়াওদ্রিবা মাল্লী, মীসু পিকই, মকোই মরাং ফিল্ম ষ্টারগুম্না খাকই। ময়ুমসু পান্দ্রি। জ্ঞান্দি লৈ, ঙাংথোক শকতোরকপা মাবু হনবা অহল অমত্তনা লাকচবা ঙমদে। লাইরিক্তি নেতা শারিঙৈদা কয়া পাঙখিদে। ঙাঙব শকপদা ইউরোপ, আমেরিকা অমসুং জাপানগী ব্রা তত্তনা পল্লি, মশামক হেক লৈরুবদগী খঙলকপদু মঙাই। অহল্লুপ পূম্বদা কিনরিবসু মাতনি।

তোনা অমসুং মেরা তুরেল ব্রাংম ব্রাংম লেপ্পরগা নোংমা লাউনখি -

"খুরা তোনা, নখোয়গী অহল্লুপসে তুন্না শিখিবনা ফরে। মরমদি নখোয় লৈবদগী ঐখোয়গী ইরমদমসে লোইলম ওইরে।"

"ইবুংঙো মেরা, নখোয়গী নহারুপ লৈরম্বদগী ঐখোয় লংফে চৎপা ইকাইরে। জগৎকী শাবুক ঙাবুক মখৈ নখোয়গীদুদা লৈরে হায়না মীনা ঙাঙনরে।"

"খুরাগী ব্রাদু কা খরা হেল্ল, চৈরাক কিবিদবরা?"

"করিগী চৈরাক, ইবুংঙোবু ব্রায়েনশঙলা?"

"ব্রায়েনশঙদগী হেনবা জাৎনি, ঐখোয়গী চৈরাক্তি মতম চঙদে, মিৎনা কুপ্পদা হেক্তা থবক ওইনা পাঙথোকই।"

"মাদু নহারুপতদি য়ারমগনি, অহল্লুপতদি শাঁগেগী আইন চৎনৈ।"

"কনাগী শাঁগে? শা কৈ হায়বরা? শা কৈগী আইনদি জঙ্গলদা, উমংদা, মী তাদবা লমদা?"

"নহারুপতি মী তাদবা কুইরে, গধাগুম্বা লোলাগুম্বা ঙাক্তা লৈরকলিবসি। ঙসি ঙরাংগী নত্তেনে ইবুংঙো।"

"খুরা অহল্লুপতি শারংনে, মতু পানবা শা কৈ ময়ামগী লৈফম। চাং য়েংনরসিরো!"

"য়েংনসিনে!"

"য়েংনসিনে!"

অনীমক তুরেল ময়ায়দা কুমথৈ। থেল্লবা তুরেল খোংনুং অদুদগী পেবম শাগে অমসুং শাপম শাগে অনীগী মীওই কয়ামরুম থোরক্লদুনা থামদোক্লখি। বোরাখাউ থাংবগুম থাংদোক্লখি।

তোবর্বানগী নাক অনীগী মোংফমদগী মৈতাল অনী তুরেলগী ঈচেলদা তপ্পা তপ্পা চেনমিল্লখি।

মাগী খোঙ্গজিখাগী মিহুল অদু মখূৎ অনী চঙনা তপ্পা নাল্লগা মমিৎতগী তারক্লিবা মপি অদু জর জর অদুম তাহল্লি।

থংনবা কাদা মমা থোকখিবদা ঙায়রি। মপাগী খোঞ্জেল তায়ঃ

"মসি পূন্নমক নঙনা থোকহনবনি, ঐদি হায়বিরিবসিনি।"

"মানি, ঐনা থোকহনবনি। নঙনা নুপা অদুবুদি ওস্থোক্লা লূনা তৌইদো অহানবদা।"

"খঙদে খঙদে। ঐদি খৎন-চৈনরক্লিঙৈসিদা ৱা নমসি হায়রিবসিনি।"

থোঙ গম লাউনা খিঙজিনলম্লগা খোঙউপকী অকনবা খোঙথাংগা লোয়ননা মপানা থোকখিবা তায়! মমানা তুমিন্না লৈখি, মনাক্তস্ চঙলকখিদে। য়ূম অদুদা লৈরিমিন্নরিবদি মখোয় অহুমতনি। অয়ুক্কী লৈচীল থাবা লোইখিদুনা ৱাউরি ৱাউরি ঙাস্থোকরকলে নিংথমথাগী ময়াক য়াউদ্রিবা নুংশা।

তুলশিবোং ৱাই তৈরিবী মমাগী মনাক্তা লেপ্লরে নুপা অদু।

"ইমা, বাজী চৎথোকখ্রবরা?"

"সনাতোন, চংলকউ ফম্মু, ইমাগা ৱারী শাসি। 'সি অমুক্তা লোয়শিল্লকখিগে।"

"বাজীগী হোরেলগী মিটিং নোটিশ। ইচলস্ লৈরিনিনা?"

"ইচল হায়রনু সনাতোন, মীগী মমাঙদা ইকাই।"

সনাতোন মরু লুকথখি। থংনবা কাদগী মেমী মাঙ্গোন্দা থোকলকই। মানা হায়ঃ

"ঙসিদগী তামো, ঐবু মেমী অদুম কৌবিরো।"

সনাতোন মায় লৈরগা পরপ পরপ চৎখ্রে। মমা মচানা য়েংদুনা লৈহৌই তঙক তঙক্লা। নুপা অদুগী শক উরক্রুবা কান্দা চহী তরাতরেৎতা ঙাইজরিবী মচানুপীদুদা "নঙসু, ধুপ থাউমৈগদু খরা পুথোরকউদনা' খঙহায় হায়রকই। মথন্তসু ঙাংজৈ "হে ঈশ্বর, ঐবু কদায়দা চৎলগা শিরুরসিগে?"

কলেজ কাবা মতম য়ৌরক্রদুনা, নহালমখৈ কাদবা কুইরবসু, ঙসিদি থৌরাঙ পরপ পরপ তৌই। মাগী স্কুতর ইম্প্লেক্তুনা থৌখি। কলেজলোমদদি চৎখিদ্রে। সনাতোনগী ভারাগী য়ুম চীংমৈরোংদুদা থৌজিনখ্রে। মথন্তা রাখলগী লংলা লংজিল পূনদুনা লৈরম্বা সনাতোন্দা মানা হায়রুইঃ

"তামো, ঐ লাক্লে।"

"মেমী, ঙসিদগী ঐঙোন্দা তামো কৌরনু।"

"অদুদি করি কৌদৌরিবা?"

"অদুদি ঐসু খঙদে।"

সনাতোনসু মাগী বাইকতু ইস্প্লেরক্লে। অরাং পাংনা মখোয় অনী অসুম থৌখি। কোইরেঙ্গে, অরাং পোৎশঙবম লাম্প্লেক্লে, ফৈদিঙ্গা য়ৌরে। হান্নগুন্না মখোয় অনীগী গাড়ী থম্ফমদুনা থনম্রে। চীংথক্তা মাখোয় অনী মখুৎ শন্নরদুনা তপ্না তপ্না কারি।

"তামো, দাক্তরগী পাউ তারবরা?"

"তারে।"

"করম তৌবা তারি?"

"নঙগী অপাম্বনি।"

"এবোরসন তৌখ্রগে!"

"লুহোংবদি য়ারোইদ্রা?"

"হান্না চেনবা তারিব্রো?"

"চেনদ্রবসু ইমাগা বাজীগদা নিংথিনা হায়নরগা য়ারোইদ্রো?"

"করিগী য়াদনি? অদুদা, নঙগী য়ুমদি বাঙ্গলাদেশতনিদো, সিলেট্টনিদো!"

"মফম অদুদা ঐগী ইমাগী বাবাগনদি ওম্প্লেক্লা হরাউগনি।"

উচাল পাম্বী অমগী মখোঙদা অশংবা নাপী মথক্তা মখোয় অনী ফমথরে।

উচান মনা মরক্তা নুমিৎকী মশেক মঙান্না তনিক তনিক শাক্ষী ওইরি। মখোয় অনী হিপথখি। মেমীগী খোঈজিখাদা হুল্লিবা মিহুল সনাতোন্না মিতম লাকখি।

মরু হুনখিবা নুমিৎতু নীংশিংলি। আগষ্ট তরামঙাগী নুংথিলনি। মফম অসিমক্তদনি। নুমিৎ অদুদা চাউদম শাংদন্নবা মেমী তশেঙনা মেম সাহেবনি। সনাতোন্না জেকেৎতা য়েপ্লকপা হুইস্কি অমসুং ব্রান্দী মেমীনা থংনা থংননা মহাও তংখি। মকোক ঙাউরক্লবা মেমী, সনাতোন্না অহানবা ওইনা কোল্লগা হিপথহনখি। মচীল তেংহনখি। মেমীনা মফম খঙহৌদনা সনাতোন্দা কন্না কোনশিনখি। সনাতোনগী য়াংলেন হুমাং কাংখি। মখোয় অনী ইমুন মুনথখি। হকচাংগী অশাবা অনী অমত্তা ওইখি।

ঙসিদি হুইস্কিসু য়াওদে, ব্রান্দীসু য়েপ্লক্তে। য়াওরিবা হায়ববু সনাতোনগী খ্বাংদা য়েপ্লিবা পিস্তোল অদুতনি। হিপথবদা পিস্তোল অদুনা লৈতাহন্দ্রবদা সনাতোন্না নিংথিনা লৌথোক্লগা উনা মরক্তা লংশিনখি। সনাতোনগী খ্বাংগী কুচু অঙৌবা মেমীনা উহৌই। মেমী মথুম মরাং হৌখি। অনীমক্তা মহৌশাগী নুংশিৎ কাংনরকই। ব্বা ঙাংনখিদরে, মখোঙ মখুত্তনা পুক্নীংগী অপাম্বা পুন্নমক মোল্লবা নাপী মথক অদুদা ঈঙ্গিৎ তৌনে। মতম খরা নাপীশিংতনি ব্বানা খাঙখিবা, মী অনীগী তাম্থ্বগা লোয়নরবা অরুম্বা পুল্লপ পুবদা।

সনাতোনগী খুদাং ঘড়ীদা নুংথিলগী পুং অহুম তারে। মখোয় অনীমক মফি মরোল শেমজিল্লদুনা চীংখাদা কুথরক্লে। কাউরম্নবা পিস্তোল সনাতোন্না অমুক চেনখত্তুনা লৌরুই। নুংশা থবেৎ থবেৎ হোল্লী। লম্বীদা মেমীনা হায়ঃ

"তামো, লুহোংবগী ব্বাদু ঐদি ইমাদা শোয়দনা হায়রগনি।"

"হায়বা তাবনি। ঐসু বাঙ্গলাদেশতগী ইমাগা বাবাগা শোয়দনা কৌথোক্লগনি।"

"কৈদৌঙে?"

"থা অমা অনীদি চঙবা য়ায়, দেশ অমগী দেশ অমদা লাক্তদবনিনা।"

বাইক অমসুং স্কুতর গাড়ী অনীদু লৌথোক্লে, অশঙমল পীরম্নে। ময়ুম লমদম তন্না পরপ পরপ থৌরক্লে।

লুব্বাংশংবম মপাদনি। লম্বী ময়ায়মক্তদা সিফাই খরগা মশক খঙদবা নহারোল খরগা নোংমৈ কাপ্পরম্মী। সিফাইশিংনা থাদুনা লৈরিবা হব্বাগাড়ী মরুমদগী, নহারোলশিংদুনা শোরোক নাকলগী উজাউ মরুমদগী। অরাপ্পদা শান্নরম্বা অঙাংশিং অনকপা য়ুমলক তন্না তফিং তফিং চেনশিন্নখি। লম্বী চৎলম্বা মখৈনা নালা তন্না হোৎচিন্নদুনা পাকথনখি। সনাতোন বাইক খঙলেপ লেপ্পী, মোংশোংদা লোৎখি।

মেমীসু স্কুতর থুনা খাম্মি, অতোপ্পা মোংশোং তন্না চেনশিনখি।

পুংখায়মুক্কী মনুংদা কাপ্পবা লেপখ্রে। হুইশেলগা হুইশেলগা থোমজিন্নক্রিবা সিফাইগী মপৈনা মফম পুন্নমক খুদুম চনখ্রে। এম্বুলেন্স গাড়ী লোয়নরকখি। অশিবা হকচাং, অশোকপা হকচাং, এম্বুলেন্স গাড়ী মথক্তা হাপকৎলি। ফারবা নহারোলশিং মখুৎ থাঙ্গৎহন্নী, পরেং ওইনা লেপহন্নী। লেপলিবশিং অদুগী মরক্তা সনাতোনসু য়াউরি। মেমীগী শিরবা হকচাং এম্বুলেন্স গাড়ী মথক্তা থাঙ্গৎখিবা সনাতোন্না মমিৎ কৃপ্তুনা য়েংখি। ঙহাক্কী মনুংদা সনাতোন লেকথখি।

গোবিন্দগী মন্দিরদা গরুড় অমসুং হনুমানগী মুর্ত্তিনা লৈবগুম নুং অমসুং য়োৎনা নিংথিনা শারবা সনথোঙ অদুগী নাক অনীদা নুংগী মুর্ত্তি অনী লৈ। ফুট তরেৎ তরেৎ ৱাংঙি, মমায় অনী ওনশিন্রে। চাউরবা শায়োকশঙ অদুগী থোঙশঙবনি।

নুপী, অঙাং অমসুং অহল খাক্তনা শায়োকশঙ অদুগী মনুংদা চঙখি, থোকখি। ইলাও লাঙঙি। নুমিৎ থেঙজিল্লক্লে, নুংমিদাংৱাইরম ওইরক্লে। মীয়াম চল্লবা অহল অমনা য়েৎথঙবা থোঙশঙবদুগী মখোঙদা ফমলদুনা লৈবাকহল্লাই খোকল-খোকলদুনা চারি। শায়োকশঙ মনুংদগী থোকলকপদা ঙায়রিবা পাখঙমচাদুনা মনাক্তা চঙশিল্লকই।

"অহল পুং কয়া তারে?"

অহল অদুনা খুমদে। অহল হায়না কৌরকপদা ৱারৌবগুম তৌখি। লৈবাকহল্লাই কন্না শায়রি।

"করি অহলনো, ননাদু পঙলব্রা?"

পাখঙমচাদু শাউনা মমায় লৈথোকখি।

অহলদুনা খুম্মকইঃ

"নুপামচা, শাউরব্রা? ঐদি ঘড়ী শিদে।"

পাখঙমচানা ওনশিল্লগা হায়রকই:

"অদু, ঙসাইনা হায়বা য়াদ্রা? মীনা হংলগা তাশিন-খঙশিন্নদ্রিবদুবো?"

"নঙ য়াম্না শাউনা উই। ফম্মুদনা, লৈবাকহন্নাইসি খরা চামিন্নসি।"

পাখঙমচা ফমথে। লৈবাকহন্নাই মরু অমা অনী লৌরগা খোক্তুনা ময়াদা হুনজিল্লী।

"অহল, ঙসিদি ঐ দাউ য়াম্না য়াদে, লুপা লিশিং তরা ফুরিৎখাউদগী তাহৌই।"

"কদায়ন্নাইদা তাহৌরিবা? অদুক য়াম্বা পৈশাদুদি করিগী পুদুনা চৎলিবা?"

"নাউরেমথোংগী অদুন্নাইদনি। লম্ফেলদগী ইঞ্জিনিয়ার অফিসতা ঠিকা মচা অমত্তা লৈগে হায়দুনা পুবনি।"

"আফিসতদি করিগী পুরি? ময়ুমদা ঙন্তা চৎলগা থিল্লুবা য়াদ্রা?"

"ময়ুমদা মী চঙহন্দে, নোংমৈ পায়বনা ঙাকই। হৌজিক মতমদবু নহারোলবু য়ুমদা কনানা চংহন্নিংলিবগে!"

"ঐখোয়গী য়ুমলোন্নবদা বাবু অমা লৈ। মখোয়দদি অয়ুক নুংথিল, নুমিদাং খায়দে - নহারোলতনি তিল্লিবা।"

হন্দক্তি অহল হায়দ্রে। খোল নৌথরকই:

"খুরাগী শঙ্গাইবু কদায়দনো?"

"লমশাংদা।"

"অদুদি নকইদনা। নোংমা লাক্কে। মৈখেৎ য়াউরিব্রা খুরা?"

অহলদুনা ফুরিৎখাউদগী মৈখেৎ লৌথোক্লগা পী। পাখঙমচানা গোল্ড ফ্লেক উপু অমা মাগী ফুরিৎখাউদগী লৌথোকই। হাংদোক্তুনা য়েংবদা চুরুট মচৈ অমত্তা য়াউরমদ্রে, অহাঙবা উপুনি। ফুরিৎখাউদা অমুকসু হাপচিনখি। মতৌ অদু উবদা অহলদুনা নোকই। হংঙিঃ

"বেরীদি থকপ্রা? ঐগী বেরী য়াউরি।"

পাখঙমচাসু নোকই। হায়রকই:

"খ্বাইরম্বনগী হোতেল অমদা মরুপ খরা চা থকমিন্নবদা চুরুটসি লোয়থোকখ্রেমান্নে। অহাঙবা উপুদুনা ঐনা অদুম হাপচিল্লক্রবা জাৎনি। বেরীদুদুম অমত্তা চিংগে।"

বেরী অমা লৌরগা মৈখেৎতু হৌনা খেত্তুনা চম্মি।

অহলদুনা মথা তারকই:

"পৈশাদু অদুম মাঙখ্রেনে, জু অসিদা অসুম লাক্লেনে।"

"খুরা কৈদৌনি? মাঙখ্রবদি মাঙখ্রদনা! ইমাগী লীক বন্ধান থম্লগা পুরকপা পৈশানি, য়ূমদা হঞ্জিনবদি কয়া নুংঙাইরোইদৌরি।"

"অদুদি নঙ হৌজিক কদাইদা চৎকনি?"

"চৎফম ৱাৎতে খুরা, ৱাংখৈদা ঐগী মরুপ অমা স্কিমগী কেশিয়ার ওইরি। মাগা ঐগা নুমিদাং পুং নিপালদা অৱাং বি ও সিগী জোমিভিল্লাদা উন্নগনি। শেল থুমগী ৱারী শান্নরুবা তারি। মতম ঙাইবা ওইনা অসি য়ৌরকপনি।"

"য়ূমদদি হঞ্জিল্লরোইদরা?"

"খুরা, য়ূমদা হঞ্জিল্লদুনা কৈদৌনি! ইমাগা বাবাগনা থোঙশঙলিবা নুংগী মূর্ত্তি অনীসিগুম কোম্থোংদা য়েৎকা ওইগা লেপলমগনি।"

"ইমাগা বাবাগদি কিরিনে?"

"কিবগী ৱা নত্তে, ৱারী শাবা কয়া নুংঙাইরোইদবা! ঐখোয়গী ইমাগা বাবাগদি চৈ য়াম্রা পায়গল্লি, শেৎ শাৎ য়াম্রা তৌজগল্লি।"

"নঙদি লাইরিক লাইশুগদি তমদ্রা?"

"তম্মি, কোলেজদা। কোলেজসু ছুটিতা থায়, ষ্ট্রাইক তৌসিতা হায়। অদুনা ঠিকানা খরা ফগদ্রা খল্লুবগী ৱাতনি। খুরা ৱারৌনু, ঐ চৎলে, লৈবাকহৱাইসু চাথোক্লে, বেরীসু থক্তোকলে।"

পাখঙমচা মমায় লৈথোক্তুনা খোঙথাং কন্না থাংদুনা চৎখি।

ঙহাক লৈরগা লাপতক্লা শঙতপ মচা অমদা লৈবাকহৱাই য়োল্লিবী নুপীদুনা অহল অদু তম্না চংশিল্লকই। অদুগা হংঙিঃ

"তাদা, হৌজিক্কী নুপামচাদু খঙনব্রা?"

"খঙনদেনে ইবেম্মা, কৈদৌরবগে?"

"ঐখোয়দি মাবু উমাইবী হায়রগা খঙনৈ। তাদদগী করিনো অমদি শোয়দনা লাক্লম্লগনি।"

"থোইদোকপা লাকখিদেদা। লৈবাকহৱাই খরা চাখি, বেরী মচৈ অমা থকখি। অসিতনি।"

"য়েংঙু য়েংঙু তাদগী পৈশা নুংশাকা মাঙব্রা হায়দুনা?"

অহলদু ফুরিৎখাউ মাই। হায়গুম্রদনা পৈশা কিশিনখিবা রুমাল অদু য়াউরমদ্রে। উঙক ঙকখি।

নুপীদুনা হঙঙিঃ

"পৈশাদি কয়া য়াউখি?"

"জুগী বাবু অচৌবদুনা ঐনা শাবা নুপা ঈলগী মমলনি হায়দুনা পীরকপা লুপা চামগুাখক রুমালদুদা চেৎনা কিশিনখিবনিনে।"

নুপীদুনা মখা শমথৈঃ

"নুপামচাদু অরাইবা নত্তে। থা খুদিংগী মফম অসিদা য়ৌরক্তবা লৈতে। মানা য়ৌরকপদা করিনো অমা লাকখিবদি শোয়দ্রে। ঐঙোন্দগীসু নোংমা সন্ধ্যাগী অমমবদা শেঙ্গাউ লাকখি।"

"অদুদি নঙনা গুসাইনা তুমিন্না লৈথোক্লিবা করিগীনো? ঐঙোন্দা ঈঙ্গিৎ খিত্তং ওইরবসু তৌরকপা য়াদ্রা? মাদি আ য়ৌরব্রগনি!"

"তান্নরুনু ফংলোই। হৌখিবা থৌদোক কয়াদা মানা মাঙখ্রবদা অমুক্তা ফংঙি হায়বা তাখিদে। নোংমা ঐঙোন্দা নোংমৈ অমা পুরক্তুনা কিহল্লমখি। হেক হায়দোকপদা অসি নিংশিংঙু হায়দুনা নোংমৈ মরু অমা পীরম্মী। ঐনা কিজদুনা ওইথঙবা নুংগী মুর্ত্তি অসিগী মখোঙদা লৈপাক্তা ফুমজিনখি। য়েংনিংব্রা?"

"লৈরমখিদ্রনে?"

নুপী অদুনা মাগী হৈজ্রাং অদু পায়দুনা মানা ফুমখিবা মফমদু তৌথোক্লগা নোংমৈ মরু অমা পুথোরকই। অদুগা অহলদুদা উৎলি। অহলদুনা পায়দুনা মুন্না য়েংখি। মতোল অদু শৎতোক শৎচিন তৌবা য়াই। হোই হায়বা খঙখি।

নুপীদুনা মখা শমথরকইঃ

"অহানবদা পুং কয়া তারে হংখিব্রা?"

অহলদুনা খুম্মীঃ

"হংখি ইবেম্মা।"

"অনীশুবদা পৈশা তাহৌরে হায়দ্রা?"

'হায়খি।'

"অহুমশুবদা মৈখেৎ য়াউরিব্রা হংখিব্রা?"

"হংখিনে।"

"মরিশুবদা চুরুট উপু অহাঙবা অমা পুথোরকখিদ্রা?"

"পুথোরকখিনে।"

"মঙাশুবদা নঙগী পৈশা শৎখিদ্রা?"

"শৎখ্রেদনা!"

"অদুনি, উমাইবী। নুংগী চাউরবা মুর্ত্তি অনীসিগী নাক্তা থা খুদিংগী হেক হেক

খঙহৌদনা পাইরক্লিবা।"

অহলদুনা রা লোইশিল্লিঃ

"অদুগা নঙনা অহুমশুবা নুংগী মূর্ত্তি।"

নুপীদুনা মীৎ হায়ফেৎ কূপলগা খূমখিঃ

"হোয়নে হোয়নে ঐখোয়বুদি অয়ুক নুংথিলদনা নুংগী মূর্ত্তি। নুমিদাংদনা অমম্বগী মৈরা পায়বী, নখোয়না থায়নগী হুনুমান পূং কুনমরি।"

নিংথমথাগী অয়ুক পুং নিপালমুক তাবা মতমনি। কেম্লেং অদু তপ্না হাংদোক্লগা সাইকল তোংবা নুপামচা অহম শুমাং ময়ায় য়ৌনা থৌজিল্লকই। নুপামচা অমদি মনাদা কোরিয়ান য়াল্লি, অমনা টুপী অফৈবা অমা উপ্পী, অতোপ্পদুনা মকোক্কী শম অদু চপ চপ য়ুংঙি। মফি নাল্লি। মমিৎ মনাদি তথক তথকই, মায়গৈ মরি কোইয়েং য়েংঙি। অমনা, মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ইনশাং মল্লিবী মীয়ায় ওইরপ তৌরবী নুপী অদুদা হায়ঃ

"ইমা, পাবুং লৈরিবরা? অমুক্তা উন্নজগে।"

"লৈ লৈ। ফম্মু, মমাঙ শঙ্গোইগী ফিদা থারিবা অসিদা। মনুং চঙখ্রি। হেক থোকলকপদা ঐ কৌথোরক্কে। নখোয় কনা কনানো, করি থবক্কীনো?"

তাশিন্নদনা, শঙ্গোই মথক্কী চৌক্রি থারিবশিং অদোমদা মমায় ওনশিনখি। কাবদি কাখত্তে। তাঞ্জা অদুদা বোরমনি, বাল্টিন অহাঙবা অদু পায়রদুনা মখাথঙবা য়েনখারোমদগী শুমাংলোমদা থোক্লকই। মাঙ্গোন্দা ফমলিবা মাগী নুপীনা অঙাং খরা শুমাং মতোন্দা লেপলিবদুদা মখুৎ থিল্লদুনা ঈঙ্গিৎ তৌরকপদু উই। মহাক্না হংঙিঃ

"ইচাশা, করি তৌসি হায়বা?"

নুপামচা অমনা মঙোন্দা চঙশিল্লক্তুনা এনভেলপ অশাংবা অমা পী।

বোরমনিনা মনুংদা য়াউরম্বা চে অদু শত্তোক্লুনা পাই। অঙাংবা মুকনা ওরগেনাইজেসন অমগী মিং ছাপা তৌরবা লেত্তরহেদ অমদা তাইপ তৌথোক্লবা চিঠিনি। পারবা তুংদা লুপা লাখ অমা পীয়ু হায়বনি হায়বা খঙলে। অরোনবা থবক্কিনি হায়বসু ইদুনা য়াউরস্রে। বোরমনিনা হায়ঃ

"ইচাশা! ঐদি অসুক য়াম্বা পৈশাদি কদাইদগী লৌরুনি? অঙম্বা খরা হাপ্লগা য়ারোইদ্রা?"

"য়ানি পাবুং, কয়া ঙম্বিগনি?"

"ঐগী তলব মতাসিনা চাম চনী মঙায়দনা!"

"য়ারোই পাবুং, ঐখোয় পাবুংগী সম্পতিসু, আয়সু মুন্না থিজিল্লগা ঐখোয়গী অহলনা শোয়দনা লৌরক্কদবনি হায়দুনা থারক্লবনি। কুইনসু লৈজনিংদে, ঙম্বিগনি ঙম্মোই হেক্তা হায়বিরো।"

খোল খরা কল্লপনা বোরমনিনা খুম্বিঃ

"ঐগী লৈজরিবা সম্পতি ঈংখোল মচা অসিদা থায়নগী য়ুমজাউ অমনবা অসিতনি, আয়সু অদুক শিদনবা ফংজবা হায়বদুনি হায়না নখোয়গী অহলদুদা তম্মু, য়ারবদি উন্নগে নৎত্রগা চিঠি ওইনা ইগে, নখোয় খরা পুবিখো।"

মাগী নুপী মাঙ্গোলদা মনা থাঙ্গৎতুনা তারিবা ইবেচানা মরকথৎলকইঃ

"মাগী পাবুং, তপথবিয়ু। করি হায়রিবনো ইচাশিংসিনা?"

"হো লুপা লাখ অমা হৌজিক পীয়ু হায়রিয়ে, ঐগুম্বদগী।"

ইবেচানা অঙাংশিংদুদা হায়ঃ

"ইবুংঙোখোই, ঐখোয় নোংম নীনীদং খঙ্গরমখিগে। হৌজিকমক্কীদি হেক হায়বগা হেক পীবা হায়ব'দু ঙম্রোইদৌরি। ব্বারৌনুকো।"

"ফরে ফরে, ইমা, ঐখোয় নোংম নীনী লৈরগা অমুক লাক্কে। অরেপ্পা থৌরাং অমদি শোয়দনা তৌবিরম্মু।"

মখোয় অহুম মথং মথং কোম্লোংলোমদা সাইকল ইপ্লোক্তুনা থোকখি। কোম্লোংদা স্কুতর তোংবা মীওই অনী ব্বারী শাম্মিন্নদুনা চৎখিবা ইবেচানা লোন্না য়েংহৌই। হঙ্ঘিল্লকপদা বোরমনিনা মমিত্তা ঈ কাদুনা তুমিন্না লেপ্পুস্রম্বা উই। ইবেচানা হায়ঃ

"চাইথবিরুরো, চা লাং থৌরাং লৈজরে। নে না তানা ব্বারী অমা অনী শাসি। হৌজিক্কীদু তরাই তরাইনা লৌবা য়াবা নত্তে। য়া য়া তৌবনসু ঐখোয়গী তোংজবা করিসু লৈরোই।

বোরমনি ইরু মায়থঙজরগা মাগী ড্রোইং রুমদা চা থকপা ফমথরে। ইবেচানা ৱারী হৌরকইঃ

"মখোয়গীসে খরা পীদবদি ইয়া ময়াররোই। মী পুন্নমক তুমীন তুমিন পীনবা ঙাক্তনি। য়াদ্রগা হাৎলম্রে, তূপলম্রে, নীনী কাংদনা তারি'সিনি। শিরগা ইশাদা মাঙজৈ কৈদৌনি? শেলনবু থৱায় লৈবা ফংগদ্রা?"

"অদুদনে ইবেচা, মখোয়গী থবকসি অরোনবা ওইবসিদা ঐদি চম্মমনৈ, য়ানিংদে। শেলগীদি লৈরবসু লৈত্ত্রবসু খরগী মখৈ শীন্নবা য়ায়। অঙাংশিংসিনা তৌরিবসি মরান্নাইগীরা, লৈবাক্কীরা ভাব তাবা ঙমদে। লৈবাক্কী ওইরবদি য়ান্না খন্ন-নৈনফম থোকই। চেল্লাক চেনফোইনবনদি মীগী থম্মোই ফাবা থক ঙমলোই।"

"মদুগী ৱাদু চাউমল্লি, নঙ ঐনা করি তৌবা ঙমগনি, অমনা অমবু হন্না য়েংনদ্রবা মতমসিদা। ইচাশিং হায়বা মপান্দা লোয়না লাইরিক তম্লি। কান্নপোৎ নত্তেদা, কয়া পীখিসি হায়রিবনো?"

"অদুবু, অদুক য়াম্বা শেলদুবু কদাইদগীনো হায়বা? মীগী শেলনা খ্বাং কোয়না তোল্লিবা অসিদা। হুরাল্লুগদ্রা, লাকলুগদ্রা, য়ুম ইংখোল য়োল্লগদ্রা?"

"মদু মীনা খঙবিরোইয়ে। থবক অচৌবা অমা তৌরি, অফিস অমগী মকোক ওইরি হায়বসিদি লৈবাক্না খঙলি, লোৎপা য়ারোইয়ে।"

"অদুবু তলব নত্তনা ঐবু করি ফংলিবগে হায়বা? শেনজা-থুমজা, অরোন অথুপ হায়রা ঐগী পুন্সিদা শুকহে হৈনরক্তে, নঙনা খঙলিবদুনি।"

"মদু ঐদি খঙন্তি, মীনদি খঙদে। তলব চাবা পুন্নমক হৌজিক্তি শেনখায় চাউনা চাউনা লৌরে হায়রি, পাউ জাৎ জাৎ ঐসু তায়। কনানা লিশিং কুন, কনানা লিশিং য়াখ্রে, কনা অমনা লুপা লাখ লাখ পীবা য়াউরে হায়রি। য়ান্না ইনাকখুনবা ইমুংদদি লুপা লাখ মঙা তরা, কুন্থ্র নিফু ফাউবা পীয়ু হায়রে হায়বা পাউ তারে।"

"অদু ফরেনে, ঐখোয়সু পীরসিনে, কদাইদগী লৌরগা পীসি হায়রিবনো?"

"খন্নখিসি হায়বা, খন্নরগা থোকপা ঙাক্তনি।"

"ঐ অমা শুকঙম ঙমলোই, নঙনা খল্লগা থোক্কনি হায়বদো নঙ খল্লো, মখোয়গসু লাক্লবদি উন্নরো। ঐদি উন্নররোই উন্নরগা ফগদৌবা মান্দে।"

শাউনা শাউনা হৌগৎলগা বোরমনিদু মফি মরোল শেত্তুনা অফিস কাখ্রে চাক চাদনা। অঙাংশিংনা পীরম্বা চেদু ফুরিৎখাউদা হাপচিনখি। মাগী নুপীনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

মথংগী হুন্নিশুবা নুমিৎনি, পুং তরেৎমখায়মুক তারে। নুমিৎ অদু বোরমনি

অয়ুক অঙনবদগী শাগেগী মরীমতা অমগী অনাবা হংবা চৎখি। জেকেৎ লিৎপা টুপী উপ্পা নুপামচা অমগা জর্সী চাউরাং লিৎপা অতোপ্পা নুপামচা অমগা - অনী চঙমিন্নরকই, অতোপ্পা অমনা কোম্প্লোংদা থারিবা য়ামাহ্ গাড়ী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈহৌই। ইবেচানা চঙলকলিবা নহা অনীদু তরান্না ওকই। নহাল লাক্লম্বা অদুদি অমত্তা য়াউরক্তে। ইবেচানা হংঙিঃ

"ইবুংঙোখোই, করি থবক্কী ওইরবনো?"

"ইমা, ঐখোয় নহাল অয়ুক লাক্লম্দুগী কাংবুনি। পাবুংদা চে পীরম্বা কাংবুদুনি। নহাল লাক্লম্বশিংদু অতোপ্পা মফমদা দিউতি তাখ্রে। ঐখোয় অমত্তনি। পাবুংদি?"

"মাদি অনাবা অমগী চত্তবা য়াদদুনা চৎখ্রে, ঐগা ৱারী শাবদি য়ারোইদ্রা?"

"ইমা, পাবুংনা ইমাদা ঐখোয়দা পীননবা শেল থন্নমব্রা?"

"অদুদি থন্নমদে।"

"অদুদি কান্নদে ৱারী শাবা। পাবুং কয়া কুইরগা লাক্কনি?"

"খঙদেনে, য়ুমদা চংলকখিগদ্রা নত্রগা অফিসতা অদুম চৎখ্রেদরা? উন্নদবা য়াদে হায়রগা অফিসতসু অদুম উন্নবা য়াগনি।"

"অফিসতদি উন্নরোই ইমা, চাক চাবা লাকখিগদ্রা?"

"লাকফম থোইনা।"

"পুং কয়াদা?"

"অরেপ্পদি হায়বা ঙমদ্রেনে।"

"ফরে অদুদি, ঐখোয় অমুক লাকখিনি পাবুং লৈবা মতমদা, নুমিদাংদদি হন্নকইদনা?"

"হন্নক্কনি ইবুংঙো, অদুবু ইমাদি নখোয় নুমিদাংদা লাকহন্নিংদে। শেল হায়বদু কয়ামুক্কা য়াগনি হায়বা ঐঙোন্দা হায়রম্বা য়ারোইদ্রা?"

"ইমানা পাবুংগী শেল পায়ব্রা?"

"পায় পায় ইতৈ ইনাওনিনা।

"পাবুংনবু কয়া পীবিগনি হায়বগে?"

"পাবুংনা কয়া পীরগা য়াগদগে হংহৌ হায়।"

"এ! ৱাফমসিদি পাবুংনা ইমাদা শীন্নরম্লবা জাৎনিনে।"

"শীন্নরম্মে ইবুংঙো, লুপা লিশিং অমা থনম্মী, ইবুংঙোখোই লাক্লগা পীখো হায়।"

"ইমা মদু ঐখোয় লৌবা ঙম্মোই। লাখ অমা পীয়ু হায়রগা লিশিং অমা

হায়বদুদি ঐখোয়গী পার্টিবু পাবুংনা শীংনরেনে?"

"শীংনবগী ব্রা নত্তেদা ইবুংঙো, লৈতদুনা তৌজরিবনি।"

"লৈ লৈতে খঙভি, ঐখোয় লোয়না খঙভি। পাবুংদদি লুপা লাখ অমা হায়বদু য়াম্বু য়াম্মন্দ্রিবনি। হন্দক, পাবুংখোইগী অফিসতা মী কয়া হাপতৌরি, ইমা খঙব্রা?"

"খঙভি, করিগী খঙদনি। মী খরনা থবক হাপকদৌরিবনি হায়দুনা কোইচেন চেল্লি হায়বদি তায়।"

"ইমা তোক্রুসি মসিগী ব্রাসি। ঐখোয় পাবুংগা উন্নদবা য়াদে। পাবুং লোৎপিগনু। মিনিট অমত্তা ওইরবসু উন্নহনবিয়ু।"

"ইবুংঙোখোয়না ইমুং মনুং চঙদুনা কোয়থি থিবসু য়াগনি মশা থিবতা নত্তে, পোৎ চৈ মাল চাংসু য়েংঙু, ননিং থুংনবা পূন্নমক য়েংঙু।"

"ইমুং অসিদা ইমানা মকোকলা, পাবুংনরা?"

"য়ূম পানমিন্নবনি, মকোক মথঙগী ব্রা থোয়না লৈতে।"

"ইমা ঐখোয় চৎলে, অমুক লাকখিনি, পাবুংদু উন্নদবা য়াদে হায়না তম্বীয়ু।"

"মতম হায়রমদ্রবদি পাবুংনা নখোয়বু করন্না ঙায়গনি?"

"ঐখোয় মতম হায়বা ঙমদে।"

লাউরম্লগা পরপ পরপ কোম্প্লোংলোমদা থোকখি।

* * * *

নুমিৎ তরেৎনিগী মতুংদা খবর অমদা অসুন্না ফোঙলকপা মীয়ান্না পানখিঃ "তাকয়েল পাৎতা লৈবা ওরিয়েন্টেল স্টদিজগী ডাইরেক্তর বোরমণি মাগী অফিস কাদা মশক খঙদবা নোংমৈ পায়বা নহারোল খরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎলম্লে। পুলিসনা মখা তদন্ত চৎথরি। অফা অপুনগী পাউ থোইদোকপা ফংদ্রি।"

মায়ৈগে অমত্তদগী চেক মোক লাউনরকখিদে। নোংম নীনী লৈরগা খবরদা অমুক অসুন্না শেংদোরকখিঃ " ডাইরেক্তর বোরমণি মাগী অফিস কাদা নুপী নহাগা অমোৎপা থবক চৎথরম্বগীদমক দব্লিউ আর সীনা (রিমেন্স রিভোলুসনরী কাউন্সিল?) শিবগী চৈরাক পীখিবনি।" কদাইদা লৈবা দব্লিউ আর সী, কনানা করি ওইরিবা হংনখিদে। খবরনসু তাকথোক্তে। খবরদুদসু পুলিসনা করিসু হংলুদে।

থা মখায় অমা লৈরগা লৈখিদ্রবা ডাইরেক্তর অসিগী মহুৎ হাপ্লে হায়না খবরদা ফোঙখি। ফোঙবগী থা অদুমক্তদা ডাইরেক্তোরেৎ অফ ওরিয়েন্টেল স্টদিজগীদমক

ফিল্ড এসিসতেন্ট কুনগী এপোইন্টমেন্ট লেত্তর অনৌবা ডাইরেক্তর অসিনা সোই তৌখি। মমৈদা মীনা হায়নরকপদগী ইবেচানা তারকপনি। ইবেচা কপতে, হৌনা হৌনা নোকখি মথন্নতা। বোরমণি শিখিবা নুমিত্তগী শুসি ফাউবদি ফমশেন্নরি। করম্না শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌখিবা মা ভাব তাখিদে।

নোংমগী মিটিং ময়াম, ফাইল ময়াম অমসুং ভাষন ময়াম লোইরদুনা অথেঙবদা সি এম রানা বাঙ্গলাদা চঙলকই। নুমিদাং অদু ফনা য়াম্না থেংলে, নোংয়াইবু য়ৌগদৌরে। ঙাকশেল্লিবা সিফাইশিং, ইমুং মনুংগী মীওইশিং, মমিৎ মনা ইতুক তুকথরদুনা মাতবু চংলকপা ঙাইরম্বনি। তৌবগীদি ঙসিগীতা নত্তে, নুতিগীনি থৌদৌসি। অমহানি।

মফি মরোল হোংদোক্নুনা চাক ঈশিং চারে। মীওই অমা অনীদা এস টি দি তৌনিংলম্বনি তুমদ্রিঙেদা। অদুবু তোক্রে, ফমুং ময়াগী সোফা অদুদা ফমথরগা ফাইব ফাইব ফাইব মচৈ অমা চমথৎলি। হয়েংগী রাখল তৌই। মথন্ত্র ঙাংজবগুম তৌই। হয়েংগী দিল্লী চৎপসি খাদিসু শেৎলরোই, পাইজমা কুর্তা, নেহরু কোটসু কান্নদে, সুটতি কুমরে থাদোকখিবা। হয়েংগী খোংচৎ অসিদি খামেন চৎপা শেৎলগা চৎকে, ফুরিৎ খাউওনবী লিৎকে, তোলোক হাপ্পা কোইয়েৎসু য়েৎকে। পি এমদু ঐ উবদা ইঙক ঙকহনগে। অদুগা পিয়ু হায়জখিবা শেনফম হেক পিদ্রিমখৈ মাগী বাঙ্গলা থোঙ্গান্দা লেপকে। খঙনিদনা ১৯৪৯ গী লমন খুমগে রা অমত্তা ঙাঙদনা।

মথংগী নুমিত্তা নীংবগা তৌবগা মান্নরে। অহল লমন্না থনম্বা লুবাক মনুংগী ফিজোল অদু লৌথোক্নুনা শেৎলে। বাঙ্গলাগী মীওই পুন্নমক ইঙক ঙকই। বাঙ্গলাগী

লোঞ্জদা চা থকপা মতমদা ফোটোগ্রাফর কৌদুনা ফোটো নমহল্লি। নম্বা লোইরগা ফোটোগ্রাফরনা থোকখিবদা গেটকী সেক্যুরিতি পারসোনেলশিংদা হায়রম্মীঃ

"ঐখোয়গী সারসি গুসি কনাগী লাই হরাওবা উৎঘাটন তৌরুগদৌরিবা জাৎনো, ফিজোল ফজনা শেৎলেদা।"

গুহাক্কী মনুংদা এয়ারপোর্ট য়ৌদুনা এরোপ্লেনদা কাখৎখ্রে। মাবু থিন্দোকলকপশিংদা মখুৎ হায়রমদে, নমস্তেসু তৌরমদে, গুক নোমশিনখি। অরুবা খোংচৎনিনা কনামত্তা নোক খেবা য়াওখিদে। অঙকপনি হায়না থনুংদদি গুংনখি।

নুমিদাংবাইরমদা দিল্লীদা থুংঙি, মমবু মমলে। এয়ারপোর্টতা ফোটোগ্রাফর কয়ামুকনা তান্না তান্নদুনা ফোটো নম্মী, প্রেসমেন্না বা হংঙি। খুমদে, ঙাঙদে। পরপ পরপ কারদা কাখৎলে। মণিপুর হাউস য়ৌবদা ফিজোল অদুমক্কী লাই কয়া ফক্লাংদা থেৎলম্বা উবদা সি এম অদু গুক নৌঞ্জে। মণিপুর হাউসকী মীওইশিংদুদি মচীন খুন্নখি মখুৎ মখুৎনা। সি এমগী মমাঙদদি মচীন খুমদে হান্নগী হান্না অদুনি।

মথংগী নুমিত্তা পাউ তারে পি এম ষ্টেসন থাদোকখিরম্রে। ওভরসীজ প্রোগ্রামনি হায়। ক্রাস মেসেজ অমা নিয়ুয়োর্ক্কগী লাকপদগীনি হায়। বার্ল্ড বেঙ্কতগী পৈশা পুবগী মতাংদুগীনি হায়সি। সি এমনা করি ফিজোল শেৎখি হংঙি পি এমগী বাঙ্গলা অফিসতা। খুম্মকই ফৈজোম, পুময়াৎ, শাল মচা অমা গুকশমদা।

মথংগী নুমিত্তা সি এম অমুক হল্লক্লে দিল্লীদগী। হল্লকপদদি পাইজমা কুর্ত্তা, নেহরু কোট অমসুং শাল অদু অমুক শেৎলে। এয়ারপোর্টতা মাবু ওকলম্বশিংদুদা মগুক নোল্লি। লম্বীগী নাক য়েত্তা অমুবা ফিরাল পায়দুনা পরেং পরেং লেপ্লিবা, তলব ফংদ্রবা সরকারগী কর্ম্মচারীশিং, পেন্সনরশিং, ওজাশিং, পণ্ডিতশিং, ইমা ইবেনশিং অমসুং ছাত্র ছাত্রীশিংদা গুক নোঞ্জখি।

কুনশুবা শতাব্দী লোইশিল্লক্লে, কুনমাথোইশুবা শতাব্দী চণ্ডশিল্লক্লে। ঐগী হান্নগী দুকান অসি কাল্লদ্রে, শেল মাঙলে। অনৌবা অমা হাংদবা য়াদ্রে। কদায়দা হাংসিগে, করি য়োনশিগে?

অসুম্না খল্লি পি কে জৈন্না হায়বদি, পিশক কুমার জৈন্না। পি কেগী অহল লমন রাজস্থানদগীনি, মণিপুরদা লাকখিবা চহী চনি হায়রক্লে। মণিপুরদবু পি কেগী মিং তাদ-উদবা কনা লৈ! মমা ইবেম্মনা মীতৈ নিংঙোল পিশকনি, মপা ইবুংঙোনা কুমার জৈননি। মিং অনী অসিদগী ওইখি পিশক কুমার হায়বদি পি কে। খ্বাইরম্বন বাজারদদি মাগী দুকাল্লা মচাউরে। দুকান অসিদা ফংদবা লৈতে, চেণ্ড চাক, ফিরোল, হিদাক লাংথক, কোল লীক, ইলেকত্রিকেল গুদস, কোসমেটিক্স অমদি হার্দবয়ার। চুন্নগী দুকান নত্তে, দিপার্টমেন্টেল ষ্টোরনি। মথোল মরি ব্রাংবা, কাজাউ নিফু চাউরবা বিল্ডিংনি। মণিপুর সেক্রেটরিয়েৎনা কৈদৌনি, মাগীনা মহেল্লি - মরাং কাইবা অমসুং চীং লেম্বা।

মাগী দুকাল্লা মণিপুরগী অরাং অপা অসি মেম্দুনদতা লাকখিবনি। দিমাপুর লম্বী অসি মাগী মাল চিংবদা কুৎপনি - থোং তৎপগা, চীং নীংখায়বগা তোয়না থোকত্রপোৎনি। নৌনা হাংলকপা জিরি লম্বীসু অদু মণ্ডায় ঙহাক লৈতনা শেল্লরিবা

- মাগী ত্রক ময়ান্না তকথরকপদা। চাং নাইনা লাক্লম্বা এরোপ্লেনসু চাং নাইবা ঙমলক্কে মাগী কনসাইনমেন্টনা হেল্লিন্নকপনা। অদুবু ভারত সরকারনা পি কেগীদমক লেপখিবনা অন্নাবা কয়া লায়না লায়না লাম্লোকই। হে শেল, নঙগী গুন অঙকপনি। শেলতসু নৎত্রি, হৈশিংবা মীগী গুণ তশেংনমক কল্লক্লফমনি।

অদুবু মতমদি ওল্লক্লি। সৌরজগৎকুম অসুম লৈশিন্দুনা লৈবদি নত্তে। মরুওইনা, মণিপুর সমাজ ওল্লক্লি, য়াম্না থুনা থুনা ওল্লক্লি। হৌজিক্তি মণিপুরগী নহারোল, মহৌশাগী নহারোল নংলকত্রে। মহৌশাদি খুংলাই পায়রমদে, হৌজিক্তি পায়রকলে। কদাইদগী লৌরুবা খুংলাইনো খঙদে, পায়রে, য়াম্না পায়রে।

খুংলাইগী মপান্না য়ু য়োনবা থিংবা ঙমগ্রে, খুংলাইগী মপান্না নুপী অঙাং য়ু অমসুং জ্বারদা ঙাউবা থিংবা ঙমখ্রে। সরকারগী থৌশীল মখাদা লোত্তরী শান্নবা ফাউবা শান্নহনখিদ্রে।

রাজনীতিদা, শেঞ্জা থুমজাদা, নারকোতিক্তা অমদি হুরানপোৎ য়োনবশিংদা লমহেনবা লমহেনবী পূন্নমক নহারোলনা শীংনরে। ইফোঙ ফোঙনা ময়ূম ময়ূমদা চঙদুনা নোংমৈ চীন্দোন্দা পাড়া তম্বীরে। কয়া অমা হাৎখ্রে, কয়া অমা হাৎকদৌরি। খবরদা ইফোঙ ফোঙনা লাউথোকপা ঙমলে। সিফাই অমসুং থানাদা ব্রার্নিং পীরে। খবর ফোঙবশিংগা য়ানরগা অনৌবা বিচার, অনৌবা হুকুম, অনৌবা দণ্ডী - ইলায় লায়না পাঙথোকপা ঙমলক্কে। সরকারগী ফম্নাইবা অচৌবশিং অহিং নুংথিল নাইদনা খুংলাই পায়বা সিফাইনা ঙাকশেন্দ্রবদি হিংবা ঙম্নরক্কে।

ইঞ্জিনিয়ার ওইসনু, ঠিকাদার ওইসনু, দুকান্দার ওইসনু, ডাক্তর ওইসনু, সোসিয়েল ব্রার্করসু ওইসনু ছাত্র সমাজসু, ওজাগী কাংলুপসু মশক মমিং লৈরকপা মীওই খুদিংদা মখোয়না হায় "ঐখোয় য়াওল্লোইবু মতেং পাংঙু, শেল লাখ লাখ পীয়ু নোংমৈ লৈননবা, মপান লৈবাক্কী কোলোনিয়েলিজমবু লাম্থেংনদুনা ঐখোয় পূন্নমক মীনাই ওইদনবা, নিংখা তম্নবা অমসুং চাউখৎপা খুন্নাই অমা শেম্নবা; য়ারবদি ফরে, য়াদ্রবদি নত্রগা সরকারগা লৌতুনরবদি, নশা শিবগী দায়িত্ব নশা নশানা পুজগদবনি। মরৈ তৌবা য়ারোই, ভাষন পীবা য়ারোই, ঐখোয়গী মিং অমসুং লৈফম থীরকপা শুকয়া য়ারোই।"

ব্রা অসিমক পি কে অমসুং মাগী ইমুং মনুংদা কয়ারক হন্না হায়খ্রবনি, কয়ারক হন্না শেনগং ওইনা লুপা লাখ লাখসু পীখ্রবনি। অদুবু মখা দিমান্দ লেপপা লৈতে। অশেংবা কাঙবুসু কয়ারক লাকপা লেপ্তে, মরক্তা, শেংদবা কাংবুনসু কয়ারক খুদোংচাবা লৌখ্রবনি। কোলাপসিবল গেট চৎনদ্রে, জীপ কারনা ওইবা য়াদ্রে।

মখোয়গী মিৎয়েংদগী নাম্লোকপা ইয়া ময়াদ্রবনি। চে অমা লাকপা পাগদবা হঙ্গোইরে, টেলিফোন কোল অমা তৌরকপা পায়গদবা হঙ্গোইরবনি।

অদুনা পি কেগী দুকান, অয়াম্বা মতমদা থোঙ হাংদ্রে। করম্নসু হাংগনি - বন্দ, ষ্ট্রাইক অমসুং করফিয়ু ময়াম অসিনা অসুক তোয়শিন্নরুবদা!

য়ুম হোংলসি হায়রা মমা ইবেম্মগী য়েংদুনা মখা খম্নবা ঙমদে। অদুগী মথক্তা মণিপূরগী হৱা নুংশিৎতা চুশিন্নখ্রবসি, পৎ থদত্তুনা মতম কুইনা থাদোক্তুনা লাকলবা মরুভুমীগুম্বা অরাপ্পা লমদম অদুদা করম্না লেমহৌরিবা পুন্সি অসি লেম্লুগনি? খনদবা উঙম ঙমদবনি।

অদুনদি পরমপরাদগী শিনফম ওইরক্লবা দুকান্দারগী থবক থাদোকফদে। অনৌবা দুকান, নহারোলশিংনা নুংশিবিগদবা দুকান, ইরল ইথুম মুৎথরোইদবা দুকান - অসি নৎতনবু অতৈ লৈরিবরা?

হৌজিক অসিদা খ্বাইদগী পাম্নরিবদি - নোংমৈনি, বোমনি অমসুং বুলেট প্রুফ দ্রেসনি। লোয়ননা শেল চবুন চবুন্নি। অসিগুম্বদি ভারতকুম্বা লাইরবা লৈবাক্তদি কদায়দগী পোৎ তিকলুগনি?

লৈগনি। উপায় লৈগনি। পি কে না তিন য়োৎথদুনা খৈহ্রে।

মোরে লম্বী নীংশিংলক্লে। রেঙ্গুন অমদি শিঙ্গাপুর উরক্লে। শিঙ্গাপুরগী কৈথেলদি পৃথিবীগী অচৌবা কৈথেল অমনি। আমেরিকান থেংনগনি, জাপান, অস্ট্রেলিয়া, অমদি ইউরোপকী লৈবাক পুন্নমক্কী লম্লোনবশিং মফম অসিদা থেংনগনি।

মতম খরগী তুংদা শিঙ্গাপুরদা পি কে গী দুকান হাংখ্রে। লোয়ননা মাগী খ্বাইরম্বন দুকানগী অনৌবা শকওং অমা হোংলক্লে। মফম অসিদা নহারোলনা হেক পাম্বমখৈ শুনা থম্রে। ভারত সরকারদা অমদি মণিপুর সরকারদা পি কে গী হৈশিংলবা চেরোল কয়া পীশিনখ্রে, পুন্নমক তুমিন লৈখ্রে।

অনৌবা দুকান অসি হাংলকপদা মীহাৎ মীপুনগী চাং খঙহন হম্নখি। য়ুম খুদিংদা নোংমৈ মরাং কায়না লৈনখি। পি কেগী শিঙ্গাপুর দুকান্দসু মণিপুরীগী ওইবা পোৎলম কয়া য়াম্না মায়পাক্না য়োনবা ঙমখি।

মীকপ থোকলকপদা পি কেগী ফমুং ময়াদা মচা চেন্দ্রিবা হৌদোং অমোম অমগা লাবা অমগা ঙংনদুনা লৈরম্বা মহাক্না থেংনখি।

মখা শমথরকই ৱারী লীরিবা মবুধৌ শুকদেবনা মশুনুপা পরিক্ষৎতা -

"নিংথৌ অদু য়ু নিশা শীজিন্নে, প্রজা অদু তান কায়না হেক হেক জগোই শাই, গধা অদূসু ঈশৈতা শকই।"

চমন্নরবা পরিক্ষিৎনা শুকদেবদা ৱাফম অদুগী ব্যাখা হংলকখি। শুকদেবনা খুন্নকইঃ

"লৈবাক অদু ব্রহ্মদেশ অমসুং ভারতবর্ষগী লোন্নবদা লৈবা চীংলোন মাপন্না ইকোয় কোয়শিনবা পীকলবা থেল মচা অমনি। ব্রহ্মদেশনা লম অদু কয়া থৌশাদে, ভারতবর্ষনসু কয়া মিহৌদে। লাংদাই লমনি। লাংদাই অদুদা আইন চেৎতে। আইন চেৎহনদবা অদুতনা খৎনবা লৈবাক অনীগী প্রজাশিংনা মরা তপ্না লৈবা ঙমনখি।

আইন চেৎতবা লমদা মী খুদিংগী অচেৎপা লন্নাই আইন চোংথোরকই। নিংথৌগীসু আইন অমা, প্রজা খুদিংগীসু আইন অমা, শা ঙা উচেকশিংগীসু আইন অমা। মানা মানা নীংবা অদুতা তৌনৈ। অদুনা ৱারী অসিগী নিংথৌ, নিশাগী আইন চৎলি, প্রজাশিংদুসু তান য়াউদবা জগোই শাই, ঈশৈ শকপদা নাতে চাররোইদবা গধাদুসু ঈশৈ শকই। মসিদা থোইনা ঙক্লিংঙাই লৈতে।"

পেনজদ্রিবা পরিক্ষিৎনা শুকদেবদা নিংথৌনা করম্না নিশাগী আইন শেমখিবগে

অমসুং পাংথোকপিখিবগে তাকপিয়ু হংজরকখি। শুকদেবনা তপ্না লীথরকইঃ

"কুনশুবা শতাব্দী লোইশিল্লকপদা পাল্লিবা নিংথৌ অদু অদুক পাল্লীবা হায়বদুনি। মরম্নাই রাখল অমত্তং পুথোকলুবগা অঙম অথৌ ময়াম চংদুনা য়েৎথৎপিবদা মাগী মবুধী, মরৌশিং ইতৎ তৎতনা চোই। রাজসিংহাসনদি থাদোকপা য়াদবনা নিশাগী মতেং লৌরকই। নিশাগী থোইদোকপা শুনদি রা কন্না ঙাঙবা ঙম্মী। ঙাঙখিবা রাশিং অদুদা অরানবা য়াউরম্রবসু নিশানা ঙাউরিঙেদা ঙাঙখিববু হায়দুনা ময়াম্না ঙাকপি। নিংথৌ অসিনা হায়নিংবা কয়া, অপাম্বা কয়া, নিশা থক্লবা নৎত্রগা চারবা মতমদতা পাঙথোকপা ঙম্মী হায়না খনখি। অদুনা মানা নিশাগী আইন শেমখি অমসুং মশামক্না অভ্যাস তৌখি। লৈবাকনসু মরা লৌদবগী লৌদবা, অসিনদুম হেন্না ফরে খন্নখি।"

প্রজা অদুনা করম্না জগোই শাখিবা হায়বদুসু মচা তানা লীবিয়ু হায়না পরিক্ষিৎনা শুকদেবদা হায়জখি। শুকদেবনা মখা শমথরকইঃ

"নিংথৌনা মথোং চাদ্রবনিনা, লম অদুদা চাকহোং ঙাহোংদ্রে। মৈ, ঈশিং অমসুং থাউ থুম অমত্তা মওং চানা ফংবা ঙমদ্রে। প্রজা অদুগী হকচাং অমসুং রাখল পূন্নমক শোইনাইরক্লে। অদুবু পরমপরাগী মতুংইন্না পুং ঈশৈ অমসুং জগোইদি য়াম্না পামজবা লমনিনা মশাদা য়াউরিবা শীংলি নাউরি পূন্নমক্তা জগোইগী শাথেক্তি অদুম লোয়নরি। প্রকৃতি অমসুং পুরুসকী শহুম ময়ামদি মশাগী নুংদা ওমশিন্দুনা লৈরিবনিনা - মথন্তা ঙায়রবা কান্দা অঙাউবগী মতৌগুম্নকই। ঙাওরবনিনা মফম মতম, তাঞ্জা মেঞ্জা খঙদনা ফোঙদোকনিংবা হেক্তা ফোঙদোকই। পেন্দবা কয়া থনুংদা লৈরিবদু জগোইগী মতেং লৌদুনা ঈশ্বরগী মফমদা নিন্দা তৌই অদুনা মাগী জগোইদা ঈশ্বরগী মমি খক তাদে। অয়েংবনা মাগী হকচাং কায়াৎতবু উই - সুর সাধনাগী, ভাব-অনুভাবগী তান-মেনদি খক উবা ফংদে। অহৌবা অমসুং অরোইবা - শেলগী ময়ায়দা পুমতাউ তাউখি। শেল ফংবা ঙমদ্রগনা থাংগী, নোংমৈগী অমসুং বোমগী মতেং লৌদুনা তাণ্ডব জগোইগী মতৌ তমদুনা লৈরক কোনশাং, শোরোক লম্পাক পূন্নমক তত্তনা ঈগী লৌখোঙ চেলহল্লি।"

পরিক্ষিৎনা হংজেঃ "গধানা ঈশৈ শকই হায়দুনা করম্বা মওং ওইরবনো?"

শুকদেবনা খুম্মি ঃ - "গধা হায়বা শাসি - উটকুম্না অশাবা লমদমগী শানি। চীংলৈবাক্কী অইংবা নুংশিৎ মরক্তা লৈবা হৈনবা শা নত্তে। অদুনা ঐখোয়না রারী শানরিবা চীংলৈবাক মচা অসিদসু গধা লৈতে - য়েলহৌঙেদগী। অদুবু নিংথৌগী

অনীংবা অমদগী নোংমা গধা অমা থংনবা অশাবা লৈবাক্তগী য়াম্না ৱানা যত্ন তৌনা লম অদুদা পৃশিল্লকখিবনি। নিংথৌগী অপাম্বদি মাগী মতমদা ইহান হান্না গধা হায়বদু লমদম অসিগী ইতিহাসতা য়াউহৌরসনু হায়বগী ৱাশকনি। হেক থুংলবগা নিংথৌ কোনুংদা প্রজা পুন্নমক অঙাংনুবী লোইনা পুরগা গধা য়েংবা লাকখি। অউবা পুন্নমক্না "ঐসু অমত্তা পাম্মী, ঐসু অমত্তা পাম্মী" হায়নখি। পুরক্লিবদু লাবরা অমোমলা হায়বদি কনাসু খঙখিদে। ময়াম অদু উবদা গধা ঙাউখি। খোঞ্জেল হৌনা খোংখি। মখোল অদু তাবদা অকপ্পা অঙাং পুন্নমক কপ্পা তোকনখি। অঙাং কপ্পা থেম্বদদি খ্বাইদগী হেন্না ফরবা নাউশুম ঈশৈ ওইখি। প্রজাগী পৃক্লীং ফাবদা নিংথৌ মায় পাকখি, য়ুগী মমল হনজিল্লে খনখি।"

নুংঙাইরবা ৱারী অসি তারবা মতুংদা পরিক্ষিৎ মহারাজ মখোঙ হামনিংলক্নে। শুকদেবদা হায়জৈঃ

"মুনিদেব, পাউতাক্লা থল্লবা ৱারী অসি তাজরবা মতুংদা ননাই ঐগী পুক য়াম্না কংখৎলক্লে, মনুং অচৌবদা অমুক্তা চঙজরুখিগে। মখা ৱারী অমা থৌরাঙ ঙহাক্তা তৌবিরমখো।"

পরিক্ষিৎ চঙখি, শুকদেবনা মালা পায়খৎহৌই। লীলা যেংলম্লিবা ভাবোকশিংদগী ষ্টেজ অদুদা ফেনাৎ, হৱাইশেন্দল অমসুং চেক্তুম নুংদুম ময়াম থাজিল্লকখি। লীলা কায়খি।

কুমসিগী ফাইরেন পঞ্চমীদদি মালিকা চহী তরামাথোই হায়রগনি। মমানা কৈথেল কাখিবা, থবক ইনখাং চৎখিবদা ময়ুম অদু মথন্তনা শগুজবা গুমলক্লে। চাউরবা ইংখোলনি, য়ুমদোমপোকনি। মমা মচাতা লৈজবনি। ইংখোল অদু চাউমনখিবনা মনীং থংবা শরুক অদুদি মী লৈনদে, উ ব্লাতনা পীক থন্না হৌরি। মমাগু থংবগী য়ুমজাউ অদুদা মমানা মালিকাবু চাউনবা য়োক্লকপনি। মখাথংবগী শংতপ মচাদা শনবী মপীমচা লোইজরিবা অদুনা মালিকাগী অচীকপগী মরুপ ওই। মাবু পোকপা পহৌদি নৌনা কায়নখি, মশক মতৌ লাকশিঞ্জবা ফাউবা গুমহৌদে।

য়ুমদোমপোক ওইরবসু খা থংবদা সরকারগী চাউরবা শোরোক লৈ, অরাংদনা লৌবুক লমহাংনি। অদুবু অতোপ্পা খুলগী গুমখৈদি ফজনা উবা ফংগি। নোংচুপ্তদি লন্না লন্না য়ুময়াম লৈপ্রে ব্লাপল উপল কয়াগী মরক থৎল থৎলদুনা। অরাপ্পা খুঙ্গং ওইজরবসু তন্তনা চেল্লিবা হব্লাগী মখোলনা মফম অদু চীকই হায়বদি য়াদে। লাপলপ্পা চেল্লিবা মাকলং তুরেলগী হিদেন তাফমদগীসু অদুম খুঞ্জাশিংগী মনা মনীল ইতৎ তৎতনা তাবা ফংগি।

মফমচাদনা লৈজরবসু মমাগী মতীক মঙালনা মীনা কা খক হেঞ্জিল্লকপা গুমদে। মমাদি নোংশা অমোমনি, পাঙ্গলদা, লৌশিংদা অমসুং ঈচঙ থৌবদা। চহী

নিফু তানখৎলকলিবীনি। লীচৎ শাজৎ নুপা মরায় অমদগী হেল্লি। মালিকানা পীক্রিওঙদদি মবুংগা মনম্মগনা মমা মচাবু কোয়শেন শেল্লবিরম্মী। মালিকানা পুংকক চাউজরকপদগীদি মখোয় থাদোকখ্রে। মগাম লমদম কোম্লেজমদা লৈরুরসি হায়না কন্না তরুরম্মী মমামচাদা। য়াররোই খন্দুনা চৎনিংদনা চৎখি। থা খুদিংগী অশোয় অঙাম য়েংলবদি খক তোক্তে। মালিকা মমাদা 'নুঙশুম্বী ইবেম্মা' হায়রম্মি মনম্মনা।

নুমিদাংবাইরম অদু নোংসু থিৎলি থিৎলি তাই। মালিকানা লাই থাউমৈ কৎপা লোইরদুনা মখাথংবগী শঙ্গোল শঙতপ অদুদা দানা চফু পুরক্লুনা বাগোশ মনুংগী চরুশিং অদুদা দানা চাইরি। খোঞ্জেল অমা তাইঃ

"ইবেম্মা, ঐ খৌনাউ অসি য়ান্না কংলে, ঈশিং খজিক্তা থক্কেবা!"

মালিকা খংপ্রেক খংঙিঃ "কনানো?"

"কোন্না হায়গে ঈশিং খজিক্তা হান্না পুরকখো, কিনু, পাখৎকনু, ঐ নঙগী নপাশুম্বনি।"

মালিকা চেন্দুনা ঈশিং চাইশেল মচা অমা পুরগা অমুক শঙ্গোন্দা চঙলকই। ঈশিং পী। খৌরাংনা থকই নুপাদুনা।

নুপাদুনা মগ্নি মগ্নিবদুদা মখা শমথরকইঃ

"ঐ ঙসি নুমিদাং শঙ্গোল অসিদা লেক্তবা য়াদ্রে। কনামত্তদা মনা মনীল নাইরুনু। য়ারোইদ্রা ইবেম্মা? ঐ হুরান চিঙ্গীদি নত্তে। ফিবম অমদগী লোৎতবা য়াদ্রদুনা চঙলক্লবনি। বারৌগনুকো।"

"ইমা লাকনি, ইমাগা ঙাংনরো, ঐদি খঙদে।"

"ঐদি নঙগী ইমাবুসু খঙহন্নিংদে, ইমুং অসিদগী হেন্না মী অমত্তা খঙহন্নিংদে, নঙোন্দসু খঙহল্লোই হায়দুনা লোৎপনি। অদুবু ঈশিং থক্লিংমনবদগী ইচাগী মফমদা চঙজরবনি।"

মালিকা হায়ফম খঙদে, মকলাপ নিকই। ঙহাক লেপ্লল্লগা তুমিল্লা থোকখ্রে। নুপা অদুগী খোঞ্জেলদা য়াউরিবা মিনুংশিগী খোঙ্গাং অদু মালিকাগী থম্মোইদা অসুম য়ৈদুনা লৈখি।

ঙহাক লৈরগা মমা কৈথেল কুমলক্রে। মমা মচা ফম্মিল্লদুনা কৈথেলদগী পুরকপা পোৎচৈশিং য়েংমিল্লবতা ঙাইরি। মীওই মরি মঙা তোর্চ্চ লাইট কাপ্লকপা উরদুনা মমা মচা মাঙ্গোন্দা থোকলকই। মাঙ্গোন্দা থাল্লিবা ইলেকট্রিক বলব মঙান্দা নুপা ইউনিফোর্ম শেৎপা মরি মঙা শুমাংদা লেপ্লম্বা উরে। মালিকা মমানা হংঙিঃ

"করিগী ওইবিরবনো?"

"ঐখোয় থানানি, ইমুং অসিদা মী কনা কনা লৈবগে?"

"ঐখোয় ইমা ইচাতনি?"

"নুপা লৈব্রা?"

"ঐ লুব্রাবীনি।"

"ইমুং অসিদা জেলদগী চেনখিবা নুপা অমা চেনশিনখি হায়নৈ। লৈব্রা অমুক্তা য়েংজগে ইমুংদা।"

"ঐগী ইমুংসিদি নুপীঙাক্তগী ইমুংনি। নুপী থানা য়াউবিরকপ্রা?"

"মীচেল থিববু নুপী নুপা লৈব্রা? লোৎলগা লোৎলি হেক্তা হায়বিয়ু।"

"নুপীনি হায়দুনা উশিৎপিদবগী য়ারা? লোৎসু লোৎতে, ইমুং চংবিবসু য়ারোই। হাই মালিকা, থোঙ লোনশিন্নম্মু, খুলগী প্রধানগী মনাক্তা চৎলুসি।"

য়ুম অদু থোঙ লোনশিন্নম্রে, শো লোনশিনলম্রে। মমা মচা মৈরা চমখৎলগা থানাশিংদুদা হন্না য়েংলমদনা কোম্রেংলোমদা থোকখি।

য়ুমগী অকোয়বদা তোর্চ্চ লাইট কাগুনা কোয়য়েং য়েংলম্নগা থানাশিং অদুসু অদুম থোকখ্রে।

পুং অমরোমগী মনুংদা প্রধান্না লুচিংদুনা খুঙ্গংগী নহারোল খরগা লোয়ননা মমামচা ময়ুমদা থুংলরে। থানা লৈরমদবা উবদা ময়ামদু কিদনবা য়াফম কয়ামুক হায়রম্নগা চৎনখ্রে। মালিকা শোর মপী অমা অনী হোন্দোকই। মমা মচা ইমুংদা চংদুনা নুমিদাংগী চাক ইনশাং থোঙলগা তুমিন তুমিন চামিন্নখি। তুমিন তুমিন ফমুং চঙমিন্নখি। কয়ারক হন্না ময়া কাথোক্কে লাক্রখি মালিকা। ঙমখিদে, হেক হেক ময়া চীক্কুনা খাঙখি। মালিকা মমা তৃপ্বা য়াখিদে, হৌগ্রবগী থৌদোক কয়া নীংশিংলকখি।

মাগী নুপা শ্যামসু নোংমা জেলদগী চেন্নকখি, চহী তরুক তরেৎকী মমাংগী য়ানি। মনীং ইংখোলদা হাপ্তা অমা লোৎতুনা খাঙলমখি। খঙনরক্কুনা থানা লাকখি। থানা লাকপা উবদা চেনগে লাক্লবদা, নোংমৈ কাপখি। মমাংমক্তদা নোংমৈগী চৈনাখোন্না থরো থরো ঙহাক ওল্লম্নগা ময়াদগী ঈ ওরকখি। হায়নিংবা কয়া হায়ঙমদনা খুদক্তা শিখি। মতম অদো মালিকাদি চহী মরিমুক্তা ঙাইরি। মাসু উখি থৌদোক অদু।

তৃপ্বা য়াদ্রদুনা থোঙজিন্দা থেৎলিবা মৈরা অদু অমুক চমখৎলী। মপাল থোকখি। মালিকাসু মমাগী মতুং ইন্নকই শুমাংদা কুমথরগা মখাগী শঙ্গোল তন্না চৎকে তৌরকই। মালিকানা মমাগী ফিজি পায়ঃ

"ইমা, ইমুং অমুক্তা চৎলুখিসি। য়া অমা লৈরে।"

"করিনোনে, তুম্মুবা য়াদ্রো, ঐ শনবী মপী মচাদু শজিক লৈরিব্রা য়েংগে তৌবনি।"

"ঐনা ঙসাইনা য়েংলে, বা অমা হায়গে, ইমুংদা অমুক্তা চংলুখিসি।"

"অদুবু করিনো, ঙসাইনা হায়বা য়াদ্রো?" হায়না হায়না মমামচা ইমুংদা চঙলকলে।

মালিকানা ফুঙ্গা মপান্দা ফমথরগা হায়ঃ

"ইমা, শঙ্গোন্দা নুপা অমা লোৎলি।"

"করি? ঙসাইনা হায়বা য়াদ্রো? থানা লৈরিঙে অদুদা। ইস, ঐদি মাঙজরেদনা, ঈজ্জৎ পুন্নমক লোইবা তারেদো। অদুদি হৌগৎলু, হৌজিকমক ইবানী শঙ্গোলদা চৎলুসি।"

মমা মচা শঙ্গোলদা চঙমিন্নরক্লে। মচি খুদিংদা মৈরা পুশিন্দুনা য়েংলে। নুপা অদুদি লৈরমদ্রে। ঙসাই মহাক্লা লৈহৌবা মফম অদুদা ঈহেং নাহেং তৈরবা চরু মপুল অমদি থেংনখি।

মমা মচা বা অমত্তা ঙাংনদ্রে। অমুক চংলক্লে ইমুংদা। ফুঙ্গা বাংমদা ফমথে মৈ কামখৎলি, শীঙ হাপচিন্নি।

অসুম ফম্মি, অসুম ফম্মি। মালিকানা বা ঙাংবা হৌরকইঃ

"ইমা, নুপা অদু ঐঙোন্দগী ঈশিং থকখি।"

"তুমিন লৈয়ু, মচি অমদা নাথেশিন্দুনা লৈরমখিনি। তুমিন্না শহুম ফংব্রা য়েংসি।"

নোংয়াই চবুক লোল্লকপগী মতমদুনি। মখাথঙবা শোরোক্তা মীয়ামগী নিল-খোংবা মখোল অমা শোল্লপনা মমা মচানা তাখি। মালিকানা হায়ঃ

"ইমা, মহাক ময়াম চঙদুনা শোয়দনা ফাবিরম্লগনি। য়েংউসিদো।"

মমা মচাসু থোঙ শো লোনশিনলম্লগা শোরোক অচৌবদা মৈরা চমদুনা থোক্লক্লে। অরাপ্পদা মৈরা পাইবী ময়াম চৎপা উই। ময়াম মরক তম্না মমা মচা পরপ পরপ চঙশীল্লি। শক্কা শক্কা উনরক্লবা মতমদুদা হনুবী অমনা কৌরকইঃ

"লাউ লাউ মালিকা মমা, নমা নচাসু। ঐখোয়গী 'সিরাইসে জেলদগী চেনখিবা মী লোৎলি হায়দুনা থানানা করিনোমা তৌরে। তুম্ন-হিপ্পবা য়াদ্রে। য়ুমথোং খুদিং চঙদুনা য়েংদবা য়াদ্রি। লৈরমলবদি ফৈ, লৈরমদ্রবদি থানা মফম তৎতবা য়ারোইদৌরি।"

য়ুমথোঙ লান্না থিগৎলকই মৈরা পায়বী ময়ান্না। মথঙ মথঙ য়েংখৎলকপনা

মালিকা মমা মচাগী য়ুমসু চঙদুনা য়েংবা তারি। মালিকা মমা মচানা শো হাংদোক্তুনা থোঙ হাংদোকই:

"ময়াম পুন্নমক লেংশিনবিরকউ, য়েংবিরো, য়েংবিরো।"

"খঙঙে খঙঙে, য়েংদ্রবসু য়ারে। অমদা অমুক চৎলসি।"

ময়াম পুন্নমক মৈরাগা মৈরাগা কোম্ৎলেংলোমদা থোকপ্রে। মালিকা মমানা ময়ামদা হায়জেঃ

"ননাই ঐবু য়াউজখোরা, লৈজহৌরোরা?"

"লৈহৌরো লৈহৌরো, নমা নচাদনিনা? হয়েংমুক্তা মপুঙ ফানা য়াওরো।"

ময়াম চৎনপ্রে। মমা মচা হঞ্জিল্লক্রে। ইমুংদা চঙবদা ঙসাইগী নুপাদু ফুঙ্গা ময়াদা হীপুনা লৈরম্বা উরে। মালিকা মমানা লাউইঃ

"হে নুপা, উশিত্তবগী ব্বারা? হৌজিকমক চৎখ্রো চৎলু।"

নুপাদুনা খুম্মকইঃ

"চান্দনী, ঐ নবনি।"

"কনাগী নব, কনাগী মীচেল?"

"কাউরবরা? নঙগী নপুরোইবা শ্যামগী মরুপ?"

"কাউদ্রবসু মতম চাদে, কাউরে। হৌজিকমক চৎপিখ্রো। মীনা খঙন-তানরক্রবদি থব্বাই মাঙনবা শোয়দ্রে।"

মালিকানা মরক থৎলকইঃ

"ইমা, ফিবম অসিদা অহিং অসিমত্তংদি য়ুম অসিদা লৈজরসনু। ঐখোয় মৈরা পায়বী মরক্তা লৈরুরসি।"

"য়াদে য়াদে মালিকা! য়াদে হায়রিসিনি।"

নব হৌগৎলি, মখোঙগী ঈ তৈরবা খোংগ্রাউদু শেমজিল্লি। মনিংথোঙলোমদা শোরো শোরো চিংদুনা চৎকে তৌই। মালিকা মমানা মমাঙথোঙলোমদা খুদোম্বী থিল্লি। নবনা শোত্তক্না হায়ঃ

"ঐ ঙসাই নমা নচানা শঙ্গোলদা লৈরিঙৈদা মনিঙথোঙদগী চঙলকপনি। মনিঙথোঙলোমদা চৎখিগে। নমা নচাগী পুন্সিনা ঐগী পুন্সিদগী হেন্না মমল লৈ। নখোয়গীদি ঈজ্জৎনি, ঐদি ঈজ্জৎ য়াউদ্রবনি, জেলদা লৈরুরবনি।"

মালিকানা মখা শমথৈঃ

"অদুবু করিগী জেলদা লৈরুরিবনো?"

নবনা খুম্মিঃ

"মালিকা, নুপাগী পুন্সিদি জেলদগীসু হেন্না শাথি। নণ্ডবু পোকপা ঐগী মরূপ শ্যামগী লমন ঐনা ইথম্ভা শিংগে হোৎনরুই। মাবু হাৎখিবা নুপাদু অতৈ কনা নৎখিদে। নমাবু ঈজ্জৎ মাংহনগে লাক্লখিবা শাজৌ হায়বা গুন্দা অদুননি। নপাবু জেল যৌহনখিবসু মাগী অরোনবা কারবারগী লাংদা থুখিবননি। শাশিন্নবা মীওই খরদগী ফিজেৎ অমদি খুৎলাই লোন্না পুরক্লগা নপা হাৎপগী লীলা শান্নখিবনি। পাপকী থৌরাংশিং অসি হেক খণ্ডলকপগা ঐনা মহাকপু তান্নদুনা ঈগী লমন ঈনা খুমখিবনি। অদুবু য়েক্লবগী মীচণ্ডনদি হেন্না মপাঙ্গল কনখি। ঐবু মীহাৎপগী দণ্ডী পীখি। ঐগী থবাইনা য়ানিংবা লৈখিদে। জেলগী মপান্দগী অমুক্তংদি পুন্সিগী শক্তি উৎখিগে খল্লুবদগী গুসি নমা নচাগী মফমদা ঐনা য়েংলরে। অমুক য়েৎপা তৌররোই। চৎলগে, মাণ্ডজগ্রসনু ঐগী পুন্সি।"

থোংজী কাংণ্ডি। পেলহৈদ্রমাল্লে, অমুকসু ওনশিন্দুনা হায়খিঃ

"ঐ শিবদি শিরোই, নমা নচাগী তেক্ত কাইদনবা মরুগুনা ঐঙোন্দা শীন্নরম্মি। ঐনা পাণ্ডদবনিনা করিসু গুমখিদে। নখোয় ঐবু ব্বারৌগনু।"

তপ্না তপ্না থাংখি খোণ্ডথাং। অসুম অসুম ঊখিদরে। মালিকা মমাগী থম্মোই পেৎথরক্লে। হুন্দক্তি মৈরা চমখৎত্রে। অমম্বদা নবগী মতুং ইন্নে। মখূৎ শন্নগা পুশিল্লক্লুনা মালিকা মপানা হীপলম্ব ফমুণ্ডদুদা মমা মচা চণ্ডদুনা নবগী কেন্নবা হকচাং অদু তপ্না তপ্না হীপথহনখি।

মহাদেবগী শব্দঙ্গা মাল্লবা কৈথেল শল হনুবসি ওসিসু নুমিৎ য়ুংবা মতমসিদা তপ্না খ্বাইরম্বন কৈথেল ময়ায় য়ৌরক্লে। অঙৌবা মচুদু হামুক হানাই মরক্তা কুল্লুবগীরা, লৈওল্লুবগীরা, অঙৌবা মাল্লে, উংমানবা ওল্লে। খোঙথাং তপ্লী, মমিৎ তুকথে। কৈথেল ময়ায়গী পুলিস ষ্টেন্দদা মঙক হাক্কজবদু তকই। খিত্তং শোকপদা ষ্টেন্দ অদু তুথখ্রে। মমিৎ লাউনা পাওথোক্তুনা য়েংথোকরকপদা মী ইতাক তাক্লা উই। মঙোন্দা হেক হেক লাউশিনবিরকপা ফুজিনখিবিরকপা ইনশাং য়োনবী, হৈ য়োনবীনচিংবা অমত্তা উবা ফংদে, ক্রিক ক্রিক ইল্লনা চৎপা গাড়ীশিংদু উদে, দুকানশিং লোইনা থোং লোল্লি। মচি মচিদা নোংমৈ পায়বা সিফাই খর খরদি উই। কৈথেল শলনা খল্লি - মখোয়গী বাজার বন্দ হায়বদু ওসিসু তৌরবোরে।

মাবুদি বোরাচাউবা কৌই ইমা ইবেলশিংনা। করিগুম্বদা করেমজনিংবী, পুকফবী অমা অনীনদি, "বোরাচাউবা নংগী বোরাসিদি চাউখ্রেদা, ফজখ্রে"কা হায়রিপোৎনি। বোরাচাউবসু মমৈ হায়খি, মমিৎ উইথদুনকা য়েংলমলিপোৎনি। মাগী নুংশিজরবী ইমা ইবেলশিং উদবদা বোরাচাউবা পি শিহ্নে। কুইদি কুইদে। মমিত্তুদি অদুম চোত্তুনা লৈরি। মনিঙ পাংনা য়েংঙি। অকুনবা শামুদু অদুম নুংদুম ওইদুনা লৈরি। মী মচাদুসু অদুম শোর হোন্দনা লেপ্লি। অৱাংলোমদা অমুক য়েংঙি। ইহাঙ হাঙঙি।

নোংপোকলোমদা মমাই লৈদুনা য়েংঙি। ইহাও হাওঙি। মথারোমদা ফৈরপ য়েংঙি - হুই অমা অনী কোইতান তান্নরি।

বোরাচাউবা মফম অদুদা কুইনা লেপ্পমদ্রে। অৱাংলোমদা তপ্পি তপ্পি মখোঙ থাংলক্লে। পুরানা বাজার মনুং চঙখ্রে তন্দে মান্দে। লাইরেম্বা লাইরেম্বী অনীগী নুংগী মূর্ত্তি মচা অনীদুগী মমাঙদা তপ্না কুম্থরে। শোর মপী অমা অনী হোন্দোকই। শগুপ শায়বা হৌবদা ঙায়রি। উচি অচৌবা অনী মথক্তা কাখৎলক্তুনা চিক্লরৈ। উচি হায়বা জাৎসি অঙকপনি - খৎনা খৎলিবা, চীক্ক চীক্কগল্লিবা। কয়া অমসু শোরোক ময়ায়দা গাড়ীনা তক্তুনা হাৎখ্রবনি - ঈখেঙ মরক্তা মথরাই থানখ্রবনি। অদুবু করিসু নাচুংদে, অদুম খৎনৈ। মবুক থন্দবসু নত্তে। বন্দদদি মখোয়গী অমুকসু হেন্না নুংঙাইজবনি। কিথি কিরুম চেন্দ্রবসু নুংশাদা অতা অতু কয়া নিংঙাইদনা চাবা ফংলিবনি। অদুবু বোরাচাউবগী পাক্লবা মনঙ্গদু নৎত্রবদি অতৈ চীক্কফম ইরৈ লৈত্রবগুম কন্না চীক্লে। বোরাচাউবদি করিসু নাচুংবিদে মাগী শগুপ্তু অদুম শায়রি।

খ্বাইরম্বন বাজারদবু কনানা ককচেং উবিবগে। বোরাচাউবতনি উবিরিবা। মাগী অঙ্কনি। খ্বাইরম্বনদা ককচেং কোটি চামগুম্বদি অয়াম্বা মতমদা লৈ। নোংমদা কোটি অমমম মীনা নেৎথৎপদা শিখিবনি। অদুবু নোংমদা কোটি অনী অনীদি মরুমদগী মচা ওল্লি। অদুনা মশীঙ হুম্লদে, হেনগৎপদনি। বোরাচাউববু লাক্লবদি মখোয়গী হরাউজবীনি। মখোয় ময়াম মরী মরী লাক্লে। বোরাচাউবগী থক খাদা কাখৎ কুমথ তৌররে। বোরাচাউবনা মমৈ ফাউবা হাইদে অদুম কাহল্লি, অদুম কুমহল্লি।

ঙায়োনফমদা হয়িং ময়াম য়োন্নিবদু বোরাচাউবনা লাপ্পা উই। হয়িং ময়ামদু ৱা ৱা কায়বগী মখোলনা পুরানা বাজার পুমলাও লাওবোই নিংঙি। হৌদোং পুন্নমক বাজার বন্দ নুমিত্তদি পুরানা বাজারদা পুল্লপ পুনবোই নীংঙি। মখোয়না থি হুম্বদা হয়িং অমত্তা লৈতাজবা ফংদে। অদুনা ৱা ৱা হেক কায়।

উচেক ৱায়া কয়াসুনি। হরাউ হরাউ পাইশিল্লকই। মনিং তম্মী। হুইবু লাক্লবদি কোইপাই পাইদুনা খাওঙি। মচি অমদা অমুকসু মহঞ্জিল্লকই। লাপ্পদি থক পায়খিদে।

ঙহাক লৈরগা মনঙ্গদগী উচি অনীদুসু চেনখ্রে, ককচেংশিংসু কুমথনখ্রে। হয়িং অমসুং হৌদোং য়েংলম্বা চোৎলবা মমিৎ অনীদু উইশিনখ্রে। বোরাচাউবা নুংঙাইনা তুমথখ্রে।

মমঙদা মাগী হৌখ্রবা পুন্সিবু মতৎ মতৎ উখি।

মাবু পোকপা মপাদুসু মঙোন্দগী হেন্না কন চাউবনি, মশক ফজবনি, মরৌশিং লৈবনি। মমা অদু দেশীনি - ৱাং চাউই, মশক ফজৈ। খ্বাইরম্বনগী মারৱারী

কোম্নুপতা মামুক মশক ফজবা, মখোম থোকপা অমতা য়াউখিদ্রিবীনি।

মপা অদু বীর টিকেন্দ্রজীৎ পার্ক ময়াদা শিদুনা লৈরে হায়বা পাউ অমা নোংমা মানা তাখি। মমাগী নাক্তগী চেক্লোরক্তুনা মপাগী অশিবা মশা য়েংলখি। হকচাং তম্মাই অমদি ফকখিরম্রে অথৌবা থাঙগী য়াখুল চাউনা চাউনা লৈরমখি। হকচাং তম্মাই অদু শলবু মাল্লমদ্রে। - শদুম মপৈ মাল্লমলে। মকোক অদুদগীতা মপানি হায়বা খঙলকপনি। নুমিৎ অদুদগীনি মানা ময়ূমদা হঞ্জিনখিদ্রিবসি। মমানা খোংলকপা তাদনবা মফম খুদিং কোইচৎ কোইচৎ চৎখিবনি।

পাখঙ শারেপ ফারক্লবা মতমদদি মহাক অমুক খ্বাইরম্বন য়ৌরক্লে। অদুবু কুইখিদে। শঙ্গোম্লোংগী ভেটেরিনারী অফিসকী পাক্লবা লমহাং অমগী মচিদা য়োৎকী থৌরী থুদুনা মতম কুইনা অমুক লৈরে। মফম অদুদা মাগী য়ুম্বানবগী পুন্সি লেনখি। মশক মতৌ ফজরবী শল হাতম কয়াগা মতেক মতেক নুংঙাইনা শান্নজবা ফংখি। পুন্নমক্তগী হেন্না নুংঙাইমিন্নখিবদি গৌরি কৌবী শনবী অঙৌবী অদুতগনি। গৌরীনা মাগী পুন্সি মহৈ য়ালহনখি। মাগা অতৈগা খক মান্নদে। মহাক্তি তশেংনমক হৈয়াই অমুনবীনি। মাগী হকচাংসু য়াকশিন্না ঙাংলৈনবীনি।

মতম অদুদা বোরাচাউবা মীকপ থোক্লে। থোক্লে হায়দুনা থোকপদি নত্তে। নোংলৈ নুংশিৎকী অখাক অরাউ অমদগীনি। বাজার বন্দ নুমিত্তা নোংলৈ নুংশিৎ খঙহৌদনা হৌরকপসি বোরাচাউবগী পুন্সিদা নুমিৎ অদুনা ইহান হানবনি। ঙসাইতা ইঙান ঙানলম্বা খ্বাইরম্বন হৌজিক্তি ইমম মমশিল্লক্লে। মফম খুদিংদা নুংশিৎকী মরৈ মরৈ তাশিল্লবা অকনবা শাফুশিংনা উরু উরু লৈররে। ইলেকট্রিক তারা, টেলিফোন তারা, চরাংননা পৎ পৎ তৎলকই। দুকানগী সাইনবোর্দশিং, মখোল হৌনা হৌনা লৈমাইদা তাই। উফুল ময়াম, লৈবাক্তগী হৌগৎ হৌগৎলদুনা কোয়চাই চাইখৎলকই। উনা বানা ময়ান্না অমদগী অমদা মমৈ মকোক খঙদনা কোয়পাই পাই। বোরাচাউবগী মমিৎ উরু উরু লৈদুনা য়েংঙি। করি নুংশিৎ মতানোনে হায়বগুম তৌই পাক্লবা মচীন্দুনা।

অসুম চঙকনরিঙৈদা কস্তুরী থোংলোমদগী শনয়াম অমা গুরুং গুরুং পুরানা বাজার তন্না চেনশিল্লকপা উই। নুংশিৎ মরক্তা লৈবা ঙমদ্রদুনা ইমা ইবেনশিংগী মথক কুপ্লবা শঙশিং অদু তন্না চেনশিল্লকপা ওইরবোই নিংখি। অদুবু নৎলমদ্রে। মাঙদা শোর চনিং চমাং শন্নদনা চেল্লিবী গৌরীমানবীদুগী মতুং ইল্লকপা শনয়াম ওইরম্রে। কৈথেল অদু থুংনবা চেল্লি। ইমা ইবেনশিংগী মতুম মতুম থল্লিবা পোৎয়াম, কুপ্লিবা প্লাস্টিক ময়াম লোইনা ইচাই চাইরে। অকনবা নুংশিৎনসু ময়াম

অদু অথোন্নরি। পুন্নমক পুমচাইনি। চফূ য়োনফমগী চফূময়ামদুস্ লোইনা নিংখাইরে। ঙহাক্কী মনুংদা চেগায় ঙাক্তা ওন্লে। অঙকপা অকিবা অমসুং তুজুংবগা লোয়ননা বোরাচাউবনা মিংকৃপ্তনা য়েংলি। য়োৎপী কোস্বা জিঙব খরদি শঙশাংদগী পাইথোকখিদুনা শ্রেং শ্রাংগী অকনবা শাফুগা লোয়ননা চোইজাইননা লৈমাইথক্তা হিপথপ্রি।

মিং কৃপ্তনা য়েংলিঙে অদুদা গৌরীমানবী অদু বোরচাউবগী নাক্তা চেনশিন্নক্লনা লোৎলরে। শন্নাবা ময়ামদু বোরাচাউবগী মনাক য়ৌরকপদদি চপ চপ হেক লেপখি। মমিং খানা খানা বোরাচাউবদা য়েংবা হৌরকখি। বোরাচাউবনা মথঙ মথঙ মশক য়েংলকপদা গাড়ী শল য়াউরি, লাবমচা মনীংদা অমোৎপা তৈরবা কয়াস্ য়াউরি, শগোল শক্তা তাবা তোংশাং-শল খরস্ য়াউরি। পুন্নমক শুরে হায়বস্ য়ারে - মঙ্গেবী, মরীকপী, হৱাইমান, য়েরুমমান, কোনাবী, চীদেকপী অমসুং ইরোইমান।

বোরাচাউবা মচি লেংদে, ৱাখল তৌই; মাগী তয়াং তশোইদবা অদু উবদা শনয়াম অদু মথঙ মথঙ কুপ্পনরে। মমিৎশিংদি গৌরীমানবী অদুদা কৃপ্তনা য়েংঙি। গৌরীমানবীদি মপি চদুম চদুম শিঙ্গুরদুনা বোরাচাউবদা ঙাথু থেংথু তৌরদুনা কুপ্পনিংদনা কুপ্পরি। বোরাচাউবনা মনম নম্মী, অশাংবা মরৈ তিংথোক্লনা অমুক অনীরক লেকই। মখাদি থোয়না তাদরে। নাগা তুরেলদগী চোংখৎলকপা হঙোইশিংনা মাংদা ফন ফন চোংলরি।

ঙহাক, অসুন্না, অয়েকপা লাইগুম তুমিন্না লৈনরবা মতুংদা নোংলৈ নুংশিৎস্ ঈংগ্রে। নুমিৎ তাশিন্নক্লদুনা বাজার বন্দগী মতমস্ লোইগ্রে। বন্দ য়েংবা মীয়াম বাজার মনুংদা মরী মরী চঙনরক্লে। লোয়ননা ইমা ইবেল কয়ামুকস্ মপোৎ মচৈ শেন্নবা চঙনরক্লে। গাড়ী চেপ্পোক চেনশীলগী মখোলস্ তারক্লে। পাখৎচরবা ইমা ইবেলশিংদুনা বন্দ লোইখবগা লোয়ননা মপোৎ মচৈ মাংলিবা ময়ামদু খোমজীনজে, লোইশিনজে। মখোয়গী অশাউবা পুন্নমক শনয়ামশিংদুনা তাইনরে। নাচৈ, কাংখল চৈখোক - শঙগী মচি মচিদা য়েপ্পিবা অদু লৌথোক্লনা শনয়ামদুদা ফুদুনা তাম্পোরকপা হৌরে। বোরাচাউবা উবদা, “নঙগুনিকো’ হায়দুনা ফুগে তৌই। বোরাচাউবা তপ্পা হৌগৎলি। মমায় মখা ওন্নদুনা পুরানা বাজারদগী থোক্লক্লে। নুংদুম ওইনা লৈরিবা শামুদুদা হায়ফেৎ য়েংলমগা নাগমপাল লোমদা মখোঙ থাংবা হৌখ্রে।

বন্দ লোইখিবদা ঙায়রি। অদুবু নাগমপালদি মীনা চীক্ল-চাইনবা ঙন্নমদ্রে। লাই

ঈশিং চাইবী হরাউবা মতমনি। ঙহাক্কী মনুংদা মৈনা পুমঙান ঙাল্লে, খোঞ্জেলনা ইরাং লাংলে। লাই ঈশিং-চাইবীগী লাইমাংদা জগোইগী কাংলুপ, ভাবোক্কী মপৈ, পীক থল্লে। মাইক্তা শকপা হৌরক্লে, লাইবৌ ঈশৈ কয়া।

পুন্নমক্তু নাচুংদে বোরাচাউবা। মঙোন্দদি হামূগী হামুনি। কয়ারক উথ্রবনি, কয়ারক তাথ্রবনি। অদুবু ঙহাক্তি লেপ্পী লাইগী মপা য়ৌবদা। ঈশৈ অদু নুংশিঃ

চীংদা শাংপা ইঙৌল্লে
চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই দে
* * *
ঐনা কেনগে কেন্দেদো
মালঙবনা হুম্বগী কেনবনি দে
* * *
মালঙবা ঐসু কৈদৌদে
লৈরাংনা লৈখোক লোয়বনা কেনবনি দে।
* * *

বোরাচাউবদি মোইরাং কংলৈরোনগী কাউগুম্নবনি। লোয়না খঙবা, লোয়না ভাব তাবা। অদুবু ঈশৈ অদু কুইনা তাদ্রে। অরাং পাংনা অসুম চৎলি মহাক্কী অহল ওইরবা মখোঙদু থাংলদুনা। থাংমৈবন্দ পুথ্রী অচৌবা ময়া য়ৌবদা ঙহাক লেপ্লি। খল্লি, ঙসাইগী গৌরীমানবীদুবু করম তৌররিদগে?



রাজকুমার মণিগী

১৯৮৯ দা ফোঙখিবা 'ময়ায় কারবা শামু' গী মতাঙদা

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিনা

অসুন্না শীংথাবিরকখি ঃ

. . . মহাক্কী (অইবগী) ইচম চম্বা, তরু তরুবা অমসুং পেন্নিংঙাই ওইবা রারী খুৎলি অসিনা অপাবশিংগী পুক্নীংবু লাইনা চিংশিনবা ঙম্মি।

মহাক্কী পুকচেল শেংনা থিরিবা অনৌবা গুণশিং (ভেল্যুজ) অমসুং হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী শক্তম মওং কায়হন্দনা ফোঙদোক্লদুনা লাইরিক অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা মরুওইবা খুদোল অমা তম্লে। . .



সুলোচনা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

মণিপুর